# ঈথক-ইপোম

ভারত নীং-তম্বগী ২৫ শুবা কুমওন
( সিলভর জুবিলী ) গী
উপলক্ষদা ফোংজবা

নীলবীর শাস্ত্রী

কোঙলোকচৌশিং
রঞ্জনা, সবিতা,
ঊষারানী, সন্ধ্যারানী

মথুম য়েকপা
শ্রীতোম্বো সিংহ

মপ্ফম
দি ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস
ইম্ফাল

অহানবা কোঙবা
আগষ্ট ১৯৭২ ইং
কোপী মশীং—১০০

কংকম
ও, কে, ষ্টোর
রাজ ষ্টোর
ইম্ফাল

মখ পুম্নমক লাইরিক লেংবগীনি

মমল
মথুম অথাবা— লুপা মঙা
মথুম অপাবা—লুপা মরি

# ৱাহৈ অমা-অনীদং

হৌখিবা চহী খরদা মরক মরক্তা ইখিবা ঐগী শৈরেং খরা খোমজিন্দুনা লাইরিক অমা ফোংগে খল্লরকপা ফনা কুইরে খুদোং চাদনা মরম কয়াদগী মসি থক পাংথোকপা ঙমক্তে। ক্রমশি চহীদা মসি পাংথোকপা ঙমজরে। শৈরেংগী ওইবা লাইরিক মচা অসি শরুক অনি থোক্না খায়দোক্লি। অহানবদা রাষ্ট্রীয়তা অমসুং মানবতাগী ওইবা শৈরেং ২৭ "ঈথক" কৌবা শরুক্তা য়াওরি অমসুং আধ্যাত্মিক, ভক্তি অমসুং রহস্যবাদকী ওইবা শৈরেং মচা ৩০ অনিশুবা "ইপোম" কৌবা শরুক্তা হাপ্লি। শরুক অনি অসিনা পূল্লগা লাইরিক অসিগী মমিং 'ঈথক-ইপোম" কৌরি। রাক্ষম অমত ঐগী মতৈশা ফোংখ্রবা "অহিং-লিক্লা" কৌবা লাইরিক অদু লোইখিদ্রবা কুইরে। অদুগা অমুক নমথোকপা ঙমদ্রে মরম অসিনি মতুদা পাংথোকপিদ্রা। শৈরেং ৫ থক অনৌবা লাইরিক অসিদা হাপ্লি।

# হৌরম লামায়

## অহানবা শরুক

## অনীশুবা শরুক [illegible]

# ঈথক-ইপোম

## ঈথক

### ১ খোংবীয়ু

খত্রবসু নিংথিবা খুৎখৎ
হাপত্রবসু ফজবা মেজরাপ
খোংলকই মথম্নত খঙহৌদনা
ঐগী থম্মোই বীগা 'সে।
কনানো শকউদবা নংবু
অচীকপা থম্মোইদা ফমজুনা
মুংশিবা সুরদা খোংলক্লিবা
ঐগী থম্মোই বীগাবু।
খোংবীয়ু মুংশিবা সুরদা
নিলহনবীয়ু থম্মোই নিকুঞ্জবন
সুর ঈথক-ইপোম্বা
মালেম লৈকোল থুম্নবা।

(চাক্লবা থম্মোই-লৈকংলাদা
অমৃত-ঈচেল চেলহল্লো)
নিলহল্লো বীণা-খোঞ্জেলনা
স্বর্গ-পাতাল ফাওনবা।
কংলবা হৈপাল-লৈপালদা
অনৌবা ময়োল চোংহল্লো
বীণাগী খোম্থাং য়েবদা
বসন্ত-লৈরাং শাৎহল্লো।
কিজেনে অকায়বা খোম্থাং
অতৎপা বীণাগী ঝঙ্কার
তাহনবীমুকো মুংশিথোইবা
থম্মোই বীণাগী মবুঙো।

## ২ মালেম নৈমা মীকপ্লো

য়াকাইরো ইমা য়াকাইরো
মালেম নৈমা মীকপ্লো
ঙসি অনৌবা কুমওন্দা
অরা মঙলাল থাদোক্লো।

অনৌবা ঋতুগী ফজবা
কুমওন চরৈ নিংথিবা
থোল্লো ইমা নৈতেংলো
ঙাম্থোইরো মাইথোং নিংথিবা।

হৈরাং চরোং পুহ্না
লাক্লে কুমওন অনৌবা
খুয়া খাদ কৎলরে
লৈরাং চরোং অচুম্বা।

পারী চাউনা নাওয়োকঙৈ
মাইথোং মকা লামদ্রবী
নমোম শিংন লাঙ্গোনঙৈ
অরা পোৎলুম পুরবী।

মতম কুইনা উখিদ্রে
মোমোন মাইথোং নিংথিবা
নোংমতম্ভু তাখিদ্রে
ইমাগী য়ারা অথুম্বা।

লৈচিল শল্লাং চোইজাইনা
সমুদ্র ইমাই পিরাংহো
কুমগী নোংথোং তেংথাখোল
থম্মোই খাম্বী মৈরী হো।

কুচুগীদি য়েন্নবা
কাওলুপ কাওলুপ য়েংথিনা
কলক মিহৌ মৈরীনা
মচিন-মনাও শককাউনা।

মচীন থৌবা তাশোন্না
শমু কায়াৎ ঈরমকাৎ
অয়ো ফংনা য়াতাবা
পলেম ত্তম্পাক য়াওন্না।

মমা ওইবী থম্মোইনা
কোন্নি পারী চেজেৎনা
পিরোইনবা মিথয়েংনা
য়েংলি মালেম লৈমনা।

বোম তোপ এতোমগী
চাক্ল হাইড্রোজন মৈশানা
নিক্লা খাওলি ইমানা
কায়রবা থম্মোই পুডুনা।

তাওমদ্রে ইমা তাওমদ্রে
নংগী তেংথা খোঞ্জেলসে
য়েংওমদ্রে তাইবং পোকপীও।
নংগী অরা মায়থোংসে।

চাক্লি হিংসা-মৈরীনা
লমজাউ খোনবা লম্মৈ ওই।
মাইকৈ মাইকৈ খুদিংদা
প্রলয় খাম্বী মৈরী ওই

য়াওন্দে তাংজ নিংথৌ অনন্ত
পৃথ্বী কোকথোংনবদা
মালেম লৈমনা নীকপনি
খুৎলাই চৈনা খাঙবদা।

নত্তে নোংখোং অহৌবা
পলেম অয়ো নাহেখোম্নি
তমথীবা এতোম চাংয়েংদা
মালেম লৈমনা কপ্পনি।

কপ্‌পু ইমা কপ্‌পু
তেংথাউ পলেম তেংথাউ
লমহেনবা নচানা ওৎপদা
শিন্থৌ পিরাং শিন্থৌ।

কুমগী নোংহৌ ঈরোইনা
হৌহল্লো পিগী ঈথক্লা
লুপহল্লো তাইবং পুম্বা
নংগী পিরাং ইপোমদা।

ঈংলো ইমা ঈংলো
থম্মোই মৈচাক ঈংলো
মূৎলো পলেম মূৎলো
য়েক্লা মৈরী মূৎলো।

অকনবনা অচুম শা
মপুই খুৎশেম লৈকোন্দা
লল-লৈবনা অচৌশক
তাইথং লীলা কম্পাক্লা।

ঙসি কুনশুবা শতাব্দীদা
মাইথীরবা সাম্রাজ্যবাদনা
ঈখেঙ পাম্বা পাম্বগুম
লৈনা য়েংলি শাউরংনা।

শামু তোংশা চারুবা
ময়াই কাবা নোংশানা
মরৈ হা হা তন্বগুম
মুংশা ফুই-হোম্নদুনা।

শারম খোংলম থিদুনা
ঙাইরি শারাক তন্নবা
শজী শঙাইগী লম্বীদা
অনৌবা ঈখেঙ থরুবা।

শেঙাও পায়বা দুর্যোধন
লনগৈনা পুকৈ থল্লবা
কদায় ভীষ্ম-দ্রোণ
কদায় পাণ্ডব লাইরবা।

কনানো থৌনা লৈবা
সের ফালা পায়গদবা
অচুম-অরাল নাকল নাকল
অফ-ফত্ত খায়গদবা।

কপ্‌পু মালেম লৈমা কপ্‌পু
কপ্লতনা নশিনশাংনি
মরোল অছম ফাওনা
তেংথাউ তেংথাবনা নংগীনি

ঈথক-ঈপোম

ইনাক খুনবগী কোলুদা
তক্লি লাইরবা কয়াবু
শিল্পরকপা ঈখেঙনা
চাকহল্লি ইমাগী থম্মোইবু।

তমথীবা খুৎলাই চাংয়েংদা
বিজ্ঞানগী অয়াঙবা লমজেন্দা
লাইরবা কয়া কয়াবু
আহুতি পীরি যজ্ঞদা।

কনানো থৌনা লৈবা
মালেম লৈমগী মচাশা!
ইমাগী পিরাং তৈথোক্কদবা
তাইবং পান্থোম চাউবশা।

ঙসি অনৌবা কুমওন্দা
হাইগৎসি মানবতাগী ফিরাল
শান্তিগী মালং ইপোমদা
পাইহনসি মনিং তম্না।

চুরো চুরো কুমগী নোং
মালেম পৃথ্বী থুমহল্লো
নংগী সুংশি-ঈথক্লা
তাইবং মৈশা ঈংহল্লো।

ঙসি অনৌবা কুমওন্দা
কুমওন শৈশক শকসি লাও
পলেম নিঙবা অশৈবা
ইমাগী কোলোই শোনসি লাও

য়াকাইয়ো ইমা য়াকাইয়ো
মালেম লৈমা মীকপ্লো
ঙসি অনৌবা কুমওন্দা
অরা-মঙলাল থাদোক্লো।

## ৩ কন্নিগী কাইহৌন্নি

ভারতকী ঙমখৈদা লেপতুনা
হুরান শাজৎ চৎতুনা
কনানো তত্তনা কাইহৌরিবা
মীগী অচীকপা থুগাইরিবা ?

শান্তি পাম্বা ভারতনি
মুংশি চাউবা জাতিনি
নংগী ওৎপা নৈবদু
তুমিন্না তাগনি খনবরা ?

নত্তে লাল্লে রাখলদু
নরৌশিংনা য়েক্লবা ওইরিবা
কাইহৌররবদা ঙমথিবা ভারতনি
চংজরক্লবদা ঙাকপীহৈবা জাতিনি।

নিংতম কাংদোং ফাত্রিবা
ঙরাংত পোকপা পাম্বনি
মচাক-মরল মুল্লুসি
অসিরা নংনা খল্লিবা ?

নোংশাগা শন্নাক তন্নবা
অঙাং ভরতকী ভারতনি
সপ্ত-রথীব, নৈরম্বা
অভিমন্যুগী পোকফম্নি।

লৈবাকসিগী লনগৈ পামদুনা
চাওখৎপা মুঙাইবা মিহৌদুনা
মণি হূগে লাকপরা
মীগী থোঙজিন্দা লেপ্পরা ?

ষণ খোম্বরা হায়বব,
অর্জ্জুনগী তেন মাইয়োক্কনি
ভারততা কাইহৌরবদি
নখোঙনা নমং তানগনি।

কলিঙ্গ জয় তৌৈঙদা
খুৎলাই থাগ্রবা জাতিনি
বুদ্ধ-গান্ধীগী পোকফম্নি
দধিচীগী লৈফম্নি খনবরা ?

লম্ঘোইবগী লৈবাক্নি খন্দুনা
মুণি-ঋষিগী পোকফম্নি নিঙদুনা
অহিংসা লৈরাং লৈকোন্দা
হিংসাগী মৈরী চুরিবা।

রাণা-শিবাজীগী লৈবাক্নি
কাউগনু সুভাষকী পোকফম্নি
রাণী-লক্ষ্মীবাঈগী শাৎফম্নি
অকনবা পোকপী ভারতনি।

চেল্লি ঈ-রক্তা দোলাইস্নু
নিল্লি পাঞ্চজন্য খোঞ্জেলনা
কোরৌ ময়ুম চঙখিদ্রি
পার্থগী পাম্বোম চোকথদ্রি।

দধিচী কোটি কয়ানা
শরূ পীগে ঙাইরিবা
ভারত চন্নু কয়ানা
জোহর মৈরী হৌরিবা।

পরশুরামগী শিংজঙ ময়া তাদ্রি
ভীষ্মগী তেন মচীন পংদ্রি
য়েংউ ভীমগী কৌমুদী গদা
লংলবা শ্রীকৃষ্ণগী সুদর্শন।

খুনুংগ্রংনা তাল্লক্লবা
মীরমগী চেক্লা পাইরক্লি
কল্লি শিবিগী মচাশিংনা
মশাবু বলি কত্তুনা।

অপাম্বা কনানো লৌজৌ—
কর্ণগী কবচ কুণ্ডল
লেপ্পা ঙম্লোই কনাসু
দাতাবীরগী মাইয়োক্তা।

বৃষকেতুগী ঈ পাম্বনা
লৌনম ফিজেৎনখিবা
চাংয়েং খুদিং মাইপাকপা
দাতাবীরগী মচানি ঐখোয়।

## থোংজাম তরেন উবদা

মাঙদা চেল্লি থেক্লা খোঙনা
অশংবা হুপ্না চৎরে থোন্দুনা
জাতিগী ইতিহাস থম্মোইদা কোল্লি
অকনবগী পাওমেল থুপতুনা থল্লি ।

নংগী অথৌবা মৈতৈ নপারী
কদাইদা চৎখ্রে হায়য়ু ইমা
নখোয়গী পুন্সীগী অরোঙবা পাওমেল
অমুক্তা তম্মু চোকথরব মৈতৈদা ।

জাতিগী ফিরাল লৈমাইদা তুখ্রবা
মাঙখ্রবদা মৈতৈ জাতিগী নিং-তম্বা
করি হায়রম্মি মৈতৈ অথৌবশিংনা
পলেম তমপাক্ত ওন-থোইরতুনা ।

জাতিগী নিংতম-লালফম য়াইদা
অকনবশিংগী শিন্থখিবা ঈরিক
হৌজিকসু চেল্লি নংগী ঈরোনমুংদা
নোংমা ঈমাই ঙাঙখিবদো ইমা ।

অকন-অথৌ কায়নরবা জাতিন
ঈথক হৌহনখি পিগী মরিক্লা
তর্পণগী হৈরাং-লৈরাং খুজোক্লা
ঈমাই শিনখি পিরোইননা ।

কাওরেল শল্লুপ তানখায়রম্বা
চোকথরবা পাম্ব কৈরেলগুম
খেবু চীংমাই য়াহিপখিবা
উহৌইকো ইমা নংদি।

মচা কায়নরবী পলেম কয়া
পম্থৌ শেৎনরবা পারী কয়া
লাইবক চাউবী নমোম কাংবু
খিকখিবদো মিৎকী পিরিক্লা।

জাতিগী অথৌবা শহীদশিং
দেশ ভক্ত বীর কয়া
নথাম্নুংদা চেৎনা কোনখি
কাউদে ইমা ঙসি মৈতৈনা।

নচাশিংগী হকচাংগী ঈরিক
নমোমশিংগী মিৎলুগী পিরিক
ঈমাই পাখি নোংমা নংগী
কায়খি থম্মোই পলেম ইমাগী।

শকউ ইমা তত্তনা শকউ
অকনবগী কোলোই তত্তনা শোল্লু
চেল্লু ইমা লেপ্তনা চেল্লু
তম্মু মপাউ অথৌবা নচাশিংগী।

মৈতৈগী বীর গাথা তানিংবনা
ঙাইরি ঙসি নংবু তাইবংনা
চেল্লু ইমা অতৎপা লৈতনা
কৌরি তোয়না মীওইবা জাতিনা

## ৩ যুগকী খোল্লাও

দেশ-জাতিগী য়েক্কবনা খাঙবা ঙমদ্রে মীওইবা
হাৎন-শুনবগী খোঞ্জেলনা নিল্লে সংসার অপুম্বা,
বোম-তোপকী চৈনাখোল নিক্কুনা খাঙলি পৃথ্বীনা
মচিন-মনাও হাৎনরি নৈরি অশোনববু অকনবনা।

কয়ারক শাম্নখ্রে মীওইবা নংগী সংহার লীলাদো
ইতৎ তত্তনা থোকখ্রে নখুৎনা শেম্বা খণ্ডপ্রলয়,
য়েক্কবগী বেদী মথক্তা কয়ারক কৎখ্রে বলিদান
মী কোটিগী ঈ থক্তু নস্থ পেন্দ্রি লালগী লাইরেম্বী।

মুংশি খঙদ্রবা মীওইবা তমথিবা খুৎলাই পায়নরি
শামু লমশা মতৌগুম য়াথিম্নগে শেম-শারি,
ঈখেঙ তত্তনা তানরি খেক্লা লাউনা খোংনরি
মহৌশা-লৈকোল ফজবা চাক্ল মোংফম ওইনরি।

জলিয়াৱালাবাগকী মীহাৎ কাউনদ্রি ঙসি সংসারনা
বজ্র অনিখক তাখিবদায় পীক্ল জাপানগী লৈমাইদা
মীওইবা নংবু নিংশিংউ নাকোং মেনখিবদো কিনা
চুরক্কদোরে মৈগী নোং কুপখ্রে নোংথাং অতিয়াদা।

কপ্লি বার্লিন শকহেনবী মণি-মাঙখ্রবা লিলগুম্না
মচাক মরল মাঙখিবগী তেংথারি ঙসিসু জাপান্না,
আমেরিকাগী সনাগী খোংদা পাইশিল্লি রাশিয়াগী মৈবুল
তাজো হায়বিগে লণ্ডন মালেম লৈমগী মীকপখোল।

কায়গ্রসম্নু চীনগী চেকপল লুপগ্রসম্নু হিমালয় সমূত্রদা
কংগ্রসম্নু মহাসাগর কয়া শুমথৈগী সম্বল খাদনবা
মাঙগ্রসম্নু কুচুগী য়েক্নবা কোকগ্রসম্নু শক্তমগী তাখিবা
চাক্নবা তাইবং লৈকংলাদা শান্তি-লৈরাং শাৎলসম্নু।

## ৬ নিংথি তুরেলদা গম্ভীর সিংহ

নিংথি তুরেল ঈমাইদা
জগোঈ শারি ঈথরা
ঐগী থম্মোই ঈপাক্তা
ইপোম হৌরি রাখলনা

ঐগী আশা লমথুংক্ষম
মৈতৈ লান্মী পনথুংক্ষম
কবো-নিংথি তুরেলনি
খেক্না খোয়না চেল্লিবা।

সনা লৈবাক ইমাগী
মীনাই য়োৎহ্লিং থৎলিবা
জাতিগী নিংতম ফিরালনা
নোংদোল থক্তা পাইরিবা।

মুঙাই রাখল ঈপাক্তা
অরা-ঈথক হৌরক্লি
লান্দা থরাই থাখিবা
ইচিন-ইনাও নিংশিংই।

চহী তরেৎ খুন্তাকচৈ
অরাগী ওৎপা নৈবদা
পুন্সী লৈরাং কেনখিবা
ঈপা-ঈপল কাউঙমদে।

খুবাক য়াইরী ফাওরেংনা
শল্লুপ হোইগুম হোইখিবা
কদায় মৈতৈ পাখংশিং
পলেম নিংবা অথোবা।

মোরোক থানা হাৎখিবা
শিঙমদনা শিখিবা
পুন্সী লমদাং তেনগ্রবী
পলেম ইমা কোঙ্গায়নি।

ফৈরা থকী নাব্রাবু
খাশেৎননা মুনখিবা
থৌদু নুংদা হাইহৎনা
মীহাৎ থীনা হাৎখিবা।

অরাগী ওৎপা নৈবদা
মিৎলু পিরাং ঈরাহৌ
লোইবী চীংথাং লানখিবা
ঐগী মৈতৈ মুংশিবা

পারী কায়না মৈচাক্লা
মিৎকী পিবু কঙদ্রবী
মৈতৈ লৈমা ইমানি
অরা মৈশা লাংলবী।

বজ্র সিংহ থাংশাংনি
য়াম্বুং চৌরজিৎকী খুদোলনি
য়েক্লা লিশিং হাৎপদা
মথৌহনবা লৈত্রবা।

চাবা থকপা তূম্বদা
য়েক্লা লালফম ময়াইদা
থারক্রুবা থাংশাংনি
য়েক্লা অৱাই মোংফম্নি।

ৱাশক্লম্মি য়াম্বুংদা
য়েক্লা মাইথি পীদুনা
ঈ-তৈরবা থাংশাংসি
চামগে নিংথি তুরেলদা।

ঐগী খুৎতুম অচেৎপা
থাংগী থাংখোক অসিগা
অমত ওইনা নপশিনখ্রে
য়েক্লবগী ঈখেঙনা।

ঈনা ঙাংবা থাংশাংসে
ঙসি চামগে নিংথিদা
য়াম্বুং য়াথং ইন্দুনা
ঐগী ৱাশক থুংনবা।

কোহিলং নত্তে ঙাংলিবা
য়েক্লবগী ঈখেঙনি
মৈতৈ নিংতম পারবা
নিংথি তাম্না লাক্লিবা।

হে নিংথি পুক্তরী
নংগী ঈচেল অরংবা
পুখো ঈসে অঙাংবা
তাইবং ঈপাক য়োনবা।

মৈতৈশিংগী থোনাদো
তন্মু তাইবং থুংনবা
মহা সাগর কাওদুনা
মালেম থুংনা চত্লুনা।

## ৭ হিমালয়না কৌরি

ঐহাক্কি হিমালয় ঐহাক্কি চীং নিংথৌ
যুগ যুগ কয়াদগী ঙাক্লি ঐগী ইথৌ
নোংলৈ নুংশিৎ মরক্তা লেপ্লি ইমাই থোঙজিন্দা
উনগী চৈনা থাঙদুনা ঙাক্লি ভারত অমবৈদা।

ঐনি ইমাই সন্তরী ঐনি ভারত থোঙশংবা
হায়নৈ সীমান্ত-প্রহরী মিংনি ঐনা পামজবা
নোংমতন্থ পোত্থাদে ঈরৈবাক্পু ঙাকপদা
উইসিন্দরে ঈমিংসি য়েক্লবু য়েংবদা।

লাক্লে ঙসি য়েক্লবা হূয়ান শাজৎনদুনা
চিনবান থোইহী তৈরগা পুকমুং হূবু ফুমদুনা
'শেংবা ভারত লৈমাইদা য়েক্লা থোঙুল ভারবে
'চীকপা শান্তি লৈকোন্দা' নোংমৈ খোংজেল সিন্নরে।

ঈরৈবাক্‌পু কনসিলাও লাও ভারত বাসীশা।
য়েক্লবনা লালশিংলি চঙশিল্লকউ জৱানশা
পলেম খোল্লাং লম্মনবু ঐখোয় ঙসি শিংনবা
উৎলো নংগী থৌনাদু ইমা লৈবাক ঙাক্লবা।

ঐহাক্লি হিমালয় ঐহাক্লি চীং নিংথৌ
যুগ যুগ কয়াদই ঙাক্লি ঐগী ইথৌ
নোংলৈ মুংশিৎ মরক্তা লেপ্লি ইমাই থোঙজিন্দা
উনগী চৈনা খাঙদুনা ঙাক্লি ভারত ঙমখৈদা।

কৌজেং সঙ্গু পাইবগুম পাইশিল্লক্লি য়েক্লবা
লাও ঐগী জৱানশা! থৌনা-মৈরা পান্নরিবা
চাকউ খাগী লমহেনবা উৎপুং ওইনা তাহনসি
ঐগী তম্পাক অইংবা য়েক্ল মোংফম ওইহনসি।

কুরু-লালফম হোরবা বার্ত্তন ঙাইরি হৌজিকপু
নংনি নহা জাতিগী কল্লু নমা ভারতপু
লাও ইচিন-ইনাওশা থোনা লৈবা পাথৌশা!
ভারত নিংতম ঙাকপদা বলি কৎপা পাম্বশা!

য়েক্লবগী মাইয়োক্তা কাউরো হিন্দু মুসলমান
ইমাই নিং-তম ঙাকপদা থারো খেন্নবা ৱাখল
হায়যু ভারতবাসীনি ইমা অমগুগী মচানি
শকউ ৱাশক অচেৎপা ইমা ভারত কনগনি।

পাম্বোম কোটি য়াথ্নৈনা পায়রো থাংশাং অরংবা
য়েক্লা নোংগী মরক্তা কুপ্লো নোংথাং তথকপা
য়েক্লবগী ঈখেংনা রণ-চণ্ডী পেলহল্লো
য়েক্লা মকোক পরেংনা ইমাই ঙক্তা হুক্লরো।

কুইনা ঈথৌ লাংলবী হে ইমা চামুণ্ডে !
শন্নাং চোইজাইনদুনা লৈন লৈখা খোন্দুনা
শিশ্বরিবা ঈখেংসে খৌবুম থন্না থক্লরো
পাম্বোম তরা থাঙ্গৎনা লৈন জগোঈ শান্নরো।

ঐহাক্কি হিমালয় ঐহাক্কি চীং নিংথৌ
যুগ যুগ কয়াদই ঙাক্কি ঐগী ইথৌ
নোংলৈ মুংশিৎ ময়ক্তা লেপ্লি ইমাই থোঙজিন্দা
উনগী চৈনা খাঙদুনা ঙাক্কি ভারত ঙমখৈদা ।

## ৮ শকলো কবি

ঙসি বসন্ত অয়ুক্তা
মালেম পুম্বা য়াকাইরি
অপোম্বা লৈরাং কয়ানা
অনৌবা লৈশাং তন্নরি
পোম্বী চেক্লা য়াকাইরি
তাইবং পুক্লিং হরাওরি
ঋতুগী অনৌবা শৈশিন্দা
প্রকৃতিগী অনৌবা য়াওন্দা।
অদুবু হে কবি !
করি তৌরি নহাক্তি
ঙসি মুংঙাইবা মুমিত্তা
হোগৎলো হে কবি হোগৎলো
পুথোক্লো নংগী কোর্বাক্তো
য়েক্লো স্বর্গগী নন্দন কানণ
শাৎহল্লো বসন্ত লৈরাং
হোৎহল্লো লৈনম ঈথক।

কন্নিগী তুমিন লৈন্নিবা
নংদি জাগরুকনি
মতম চুপ্পা মিকপ থোকপনি
তাইবংবু হৌদোকপা নংনি
নংগী মুংশিবা য়াকাইরোলদা
য়ালেম্না য়াকাইনবনি
বংবু কনামা হৌদোকনি।
অনৌবা য়ুগকী বসন্তদা
শকলো নংগী ঈশৈ
নংগী ঈশৈ স্বরদা
তাউহল্লো মালেম পুম্বা
নংগী বীণা স্বরদা
ঙাওহল্লো পৃথ্বী পুম্বা
মীপুম তিংনা মুংঙাইহল্লো।
নংগী শৈশক ফজবা
নুংবু মহী চেলহনবা
লৈফংলাদ লৈরাং শাৎহনবা
মর্ত্তদা স্বর্গ পুরকপা
থক-খা ওলহনবা ঙম্বা
শকলো কবি শকলো
হে কবি! হে ক্রান্তিকারী।
বসন্ত লৈরাংনা শাৎকদবগী
নংগী স্বর ঙাইরিবা
রাহোংনা নোয়গদবগী
নংগী তাম্হা থিরিবা
বসন্ত কোকিল নহানা
নংগী য়াকা য়েংলিবা

শক্লো নংগী ঈশৈদো।
লাইরবা লৌমীগী ঈশৈ
নংতনা শকপা ঙম্মি
রারবা শিনমীগী পাও
নংতনা পুরকপা ঙম্মি
ফুনশুবা শতাব্দীগী লেমহৌরিবা
থদথলো মীনাই য়োংহল্লিং
ঙসিগী পৃথ্বী চাক্লবা সংসার
স্বর কায়রবা মালেমগী শৈশক
তাল য়াওদ্রবা মীওইবগী বীণা।
তারো কপ লাউবগী খোঞ্জেল
কায়নবগী অরা খোম্থাং
চাদ থক্তবগী মুংশা মপী
ওৎ-নৈবগী অরা-চৈনা
নিল্লে ঙসি মালেম শিন্না
নিক্লে ঙসি পৃথ্বী পুম্বা
নংগী মুংশি স্বরদা
পীয়ু শান্তি পীয়ু মুক্তি।
চাক্লবা তাইবং লৈকংলা
হৌহল্লো মুংশি ঈথক
শাৎহল্লো শান্তি লৈরাং
ঙসি বসন্ত অয়ুক্তা
অনৌবা যুগকী য়াওন্দা
নোকহল্লো চান্ন মীনোক
নংগী ঈশৈ স্বরদা।
দোলাই ফম্পাক ফমদুনা
খুৎকী লীরুং থাংদুনা

নিংহন্নরবা অর্জুনবু
লানগী সমুদ্রদা লুপহনখি
কুরু লম্পাক অচৌবা
ঈগী ঈথক হৌহনখি
নংগী খুজিল নত্তরা ?
নংগী থৌনা থৌইনশিন্না
থাংগী নোংথাং কুপখিবা
নোংমা বীর শিবাজীনা
অমুকস্ম শকখি নংনা
গান্ধীগী অহিংসা শৈহেক্তা
নংনি হীক্না কপ্লিবা
শিনমীগী মুংথং মখোন্দা..
হে কবি নংনা নোংমা কপহনখি
লাঞ্জদবী জানকী সীতাবু
মাগী পি মরিক্না
তুমহনখি হিংচা শাগৈ
উৎ ওলহনখি সনাগী লঙ্কা
কৈদা চৎখ্রে নংগী থৌনা
ঙসি হিংচাবনা থল্লবসিদা ।
হে কবি! হে অশৈবা
ঙসি বসন্ত লাকপদা
নংগী মালেম লৈকোন্দা
তাইবং থম্মোই কুঞ্জদা
শাৎহল্লো মুংশি লৈরাং
হৌহল্লো লৈনম ঈথক
পোম্বীগী মুংশি শৈরোন্দা
চান্ন মীনোক নোকহল্লো ।

## ৯ সমুদ্র-দর্শন

মাঙদা উরি চীঙনা লেম্না উরি পাক্লা চাউনা তাম্না
ঙমখৈ নৈতে মপাল নাইদে তিনখরি স্নুনতরংদা অরাপ্পা
হৌরি ঈথক্লা চীংডুমগুম লাউনা খোংনা হৌনা ঙংনা
ঝম ঝম ৱা ৱা লাউরি নিল্লি ঙংলি মায়কৈ পুম্বা।

চাউর চাউরবা তুরেলশিং তিনশিনখি লূপশিনখি লোইনবা
মানি মানি পোত্থাফম্নি ঈচেল পূম্বগী তিনফম্নি
চীং-মাল উমং-ৱামং লান্না লাক্লি তুরেলনা থিরি
ঈচেলপূম্বগী নংনি ঙমখৈ নংনি মুক্তি নংনি শান্তি।

হে সমুদ্র নংনা তাইসিন্নহল্লি মহা দেশকা মহা দেশকা
কোল্লি নথাদ চেৎনা লুনা দ্বীপ মহাদ্বীপ কয়া কয়া
ঙৌনা লুনা থেক্লা খোয়বা শাংল-তুরেল লংলানা পুল্লি
পুল্লি নংনা চেৎনা চান্না মালেম নৈমবু মুংশি-লিচিংনা।

ঈমাইদা তাউরিবা হিথক্তা তোংলিবা হি-হোনবা পাখঙনা
শক্লক্লি তাম্না খুলং ঈশৈ মুংশি শৈরোলবু থাডুনা
ঈথক হৌরি জগোঈ শারি হরাওরি মুংঙাইরি পেঞ্জরি
মপান্দ লেপতুনা ঙাইরি লাংতক্লবী য়ুমনৈমশিংনা।

হে-লাইজনিংথৌ সমুদ্র চীং লেম্বগী শক্লোল পুবা
নথাদ লোৎলি তাঙলবা মণি মুক্তা কয়া কয়া
লোৎলি চীংজাউ কয়াস্থ তমথিরবা তিমি গুম্ভীর
অদুবু নংদি পীনহৈবনি নংদি থৌজালগী মশক্লি।

বাসুকীনা থাংলাক্লা মন্দরাচলবু চেপচিংনা
নৈখ্রে নংবু শাথিনা লাই হিংচা চণ্ডদুনা
খোৱাংলবা-তাইবংনা থিৱি নথানুংদা লুপতুনা
পীয়ু ঙসি অমৃত-চফু পীয়ু শিদ-হিদাক মালেমদা ।

হৌৱিবা ঈথকসে ঈমাইদা মানি নংগী অৱা ঈথৱি
কাৱিবা কোঙ্গোলসে ঈপাক্লা মানি অৱা-মৈশা খুদম্নি
নংগী ঈপাক্লা নংগী নোংলিক্লা পীঙমদ্রে অঙ্গংবা মুংঙাইবা
নংগী থৌৱাং পূম্বা কান্নদ্রে কোক্রে মালেম মৈচাক ঙসি ।

তাইবংপালগী খনবদা ৱাৱি হে পুকচেল চাউবা নংমু কপজি
য়েরুবা তমথীবা হাৎনবা খাঙঙমদে নহাকসু খাঙঙমদে
খোঞ্জেলসে নত্তে লাউ খোংবা মানি মানি তেংথা নাওইবনি
মালেমগীদমক পিৱাং চেনবনি তাইবংগীদমক থুমহি ঈপাক্লবনি ।

ঈচেল পুম্বনা তিল্লহুনসু নংগী চাংজো পাথোক্তে
নোংলিক কয়া লোংথাক্লুনা নংগী ময়েং তাথদে
নংনি অৱেপ্পা নংনি অচৌবা যুগ কয়াগী শান্তি-উপাসক
পীয়ু শান্তি পীয়ু মুক্তি শান্তি-মুক্তি মুক্তি-শান্তি ।

মীওইববু মাঙতাকহনব পৃথ্বীবু উৎ ওলহনবা ঙম্বা
এতোম হাইড্রোজেনগী চাংয়েং নংগী অরুবা ঈৱোম্নংদা
অদুবু নংগী চীংলেম্বা মিপাই চাউদবা থমোইমুংদা
হে পুকচেল লেপ্পবা যোগী পুৱো শান্তি-মুক্তিগী মাইকৈদা ।

ঙসি কুনশুবা শতাব্দীদা কপ্পি সীতা লিশিং লিশিংনা
ৱামদি কদায় ৱামদি কদায় নংবু পনথিংবা ৱামদি কদায়
হায়য়ু সমুদ্র তম্মু চিরন্তন কৈদা লৈখ্রে অযোধ্যাপতি
ৱাবণনা থল্লে মালেমসি চাউখৎলে হিংচা শাগৈনা

## ১০ জবাহরলাল নৈহরুবগী

হে রাষ্ট্র-পিতা !
মিৎন্না থম্বাল উইশিন্না
অরোঙ্গ ম্নাহিপ তান্দুনা
কদায়দনো লেঙলিবা
নচা কৌটি য়াথৈবু
তুংওই নাতৈ থয়গা
করম্বা লমদম পাংলিবা
হে পম্বৌও মুংশিবা ।

হে দেশভক্ত অথোইবা !
স্বাধীন-সঙ্গ্রামগী সেনাপতি !
নোংমৈ গুলী মাইয়োক্না
অরংবা সঙ্গীন চীন্দোন্দা
থবাক লোংনা য়াদুনা
ভারত নৈমা ইমাগী
মিনাই য়োহিলং থৎখিবা
কাউদে ঙসি ঐখোয়না ।

হে রাষ্ট্র কর্ণধার !
মালেম ঈশাক্ত তাউম্বিবা
অচৌবা ভারত-হি অশিবু
নংনা হিনাউ শারম্বা
লুপকদবদগী কল্লকপা
ঙসি কন্নাদ শিন্নবা

নোংলৈ মুংশিৎসু হৌরক্লি
ঈথক্না জগোঈসু শারক্লি।

হে বীর হে অথৌবা!
ঙসি লুরবা তানফমদা
অগ্নি-পরীক্ষা মতমদা
ভারতকী শান্তি-যজ্ঞবু
থুগায়নিংবা হিংচাবনা থল্লবা
করিগী তুমিন লৈরিবা
হায়য়ু ভারত বাসীদা
কদায়দনো নিঙাইদনা লেঙলিবা।

হে বিশ্ব বন্ধু!
মীনাই য়োহ্লিংনা পুল্লবা
রারবা জাতি কয়াগী
ওৎপী নৈবিরবা কাঙবুগী
নংদি চান্নবা মরুপ্নি
সাম্রাজ্যবাদকী মাইয়োক্তা
গণতন্ত্রগী ফিরাল পায়বনি
তাইবংগী য়াইফ থিবনি।

হে শান্তি-দূত!
অহিংসাগী পুজারী!
য়েরু-মৈরীনা চাক্লবা
তাইবং মালেম লৈকোইদা
খুৎলাই চৈফু খাঙবদা
রারবা পৃথ্বী মাতাগী
শান্তি পাউজেল পুবনি
মীওইবগী মুক্তি থিবনি।

হে লুচিংবা !
নংবু মুংশিবনা
শিরোইদবোই থল্লুইদো
ভারত বাসী পুম্বনা
নংবু পাম্মুজনা
কাউথোকলুইদো ঐখোয়না
লেপ্পাইদবা মালেমদা
মাঙগদবা হকচাংনি।

হে-মৈ হে-তমথীরবা !
অওইবমক চাক্লবরা ?
ঐখোয়গী মুংশিরবা নেহরু
নত্তে নত্তে নতিক ওইদে
অরেম্বা হকচাংবু নংনা চাক্লি
ভারত বাসীগী থম্মোইদা লাৎলিবা
তাইবংগী থম্মোইদা ঙাল্লিবা
চাকপা ঙমোই মাগী মুর্ত্তিদি।

হে যমুনা হে গঙ্গা !
চেল্লকউ-সিন্ধু-ব্রহ্মপুত্র !
তাও হে তীর্থরাজ প্রয়াগ
রাষ্ট্র-পিতাগী চিতা-ভস্মসি পুদুনা
চেল্লু ঈচেল য়াঙনা
মালেম শীনবা থুংনা
পীরম্মু শান্তি পীরম্মু মুক্তি।

## ১১ হিগ্নোশিম্মা

কৈদৌঙৈনো মুৎকদবা থম্মোইম্নুংগী মৈচাকসে,
ওমচাক্লনা লৈরিবা কায়নবগী মৈশাসে।
কাউগে হায়না থল্লগা থোইনা ময়েক লারক্লি,
মতম-ফিজংদা তাখিবা থৌদোক অদু উরক্লি।
লমগী মিকানরকপা শারম চৎনা ঈকৌরক,
ঈখেঙ পাম্বা পাম্বগুম শারম তমগে থৌরাংলক।
লালগী তমথি মৈরৗনা মালেম শিন্না চাক্লকপা,
হাৎলো তুপ্লো খোল্লাউনা নোংদোন অতিয়া-নিল্লকপা
ম্নুংহিক্লনা কপচখি মালেম লৈমা ইমানা,
পারী ঙাক্কা হাৎনবা মমোম-মশেল কায়নবা।
নোংমা তাখি বজ্র'মা এগী তমপাক থকসিদা,
ফুরা-দলাল অপুম্বা উৎপুং ওইখি মিৎকুপ্তা।
তমথি ব্রজ মৈশানা ওন্না থোইনা চাকখিবা,
খাম্বী মৈরাইনরকপা লাউনা খোংনা চেম্নবা।
প্রলয়গীদি মৈরিগুম নোংদোন খোন্না চাক্লকপা,
পারী ইমোম কয়ানা মালেম লৈওম্নরকপা।
নিংশিংবদা তুজুংই দৃশ্য অদু অকিবা,
কাউগে থন্না কাউঙমদে থৌদোক অদু তমথিবা।
লালগী যজ্ঞ কুণ্ডদা এতোম মৈরী মৈহৌনা,
ঈখেঙতনা ঘী হৈবা শমু হকচাং শীংওইনা।
থরাই পানবা কয়ানা লিশিং লিশিং খুজিংনা,
চেং-থোইদিং ওইদুনা খুবাম খুবাম লংশিন্না।
মালেম্না নিক্লা খাঙনখি তাইবংনা কপ্পা য়েংনখি,
মৈরী অদু উবদা তাইবং পুম্বা মিপাইখি।

কাউজনথীবা মীওইবা অমুকস্থ লালগী থৌরাং,
হৌখিবা চৈনা কোক্লদ্রি কংদ্রিনে মিৎকী পিরাং।
মপুই খুৎশেম ফজবা নখুৎনা খাম্বী মৈ-চূবা,
মৈশা নংনা লাংগনি প্রলয় নংনা থোকহনবা।
উৎপুং ওইখ্রবা ইতম্বাক দলালনা থক্লে ফজবা,
লৈকংলা ওইরুবা ইরমদম লৈরাংনা শাৎলে নিংথিবা।
অদুবু কাউদে পেনঙমদে কল্লক্তে ফজবা পুম্বা,
নংগী ফজবা খুৎশেম্না মুৎঙমদে মৈচাক অব্রাবা।
প্রলয় মুংশিৎনা হুমঙল্লোই নাপ নিনবা মিকপখোল,
শিঙম-নাঙমদা মাঙখ্রবা পারী ইমোম নাহেখোল।
মালেম থূম্বা নোংজুনা মুৎলোই থম্মোই মৈচাকসে,
সমুদ্র ঈথক্লা ঈংঙমলোই লৈরোল চনবা মৈথাকসে।
লাও মীওইবা জাতিশা! কপসি ঐগী তম্পাক্লা,
মালেম লৈমই মচাশা! শিঙ্গসি পিরাং অসিদা।
মুংশি-ঈথক-ইপোম্না থূমহৎলরো ঐহাকসে,
থম্মোই চাংজো পাথোক্লা মুৎপ্রা য়েংসি মৈচাকসে।

## ১২ লেঙশিনবীরকসি ইমা

লেংশিনবীরকসি ইমা হে দুর্গে!
খোংদাবীরকসি মর্ত্তাদা হে চামুণ্ডে!
য়ুমথোং খুদিং মঙ্গল ঘট লাচ্চরে
থোঙ্গাল খুদিং ব্রাই তৈজরে
ইমা নংবু তরাম্না ওকচরি
ভারতবাসীনা পাম্বোম থাঙ্গচ্চরি

লেঙশিনবীরকসি ভারতভূমিদা
খোঙদাবীরকসি পুণ্যভূমিদা।
কুমজা কুমওন খুদিংগী
শান্তি শৈরোল থৌগনবা
শান্তি পাম্বা ভারতনা
ইমাগী পূজা কচ্চবা
হৈরাং লৈরাংনা পেনবীবা।

লেঙশিনর্বীরকউ ইমা কাত্যায়িনী
ঙসি অনৌবা কুমওন্দা
মতম কুইনা ঈখৌ লাংলবী
চরাম্মরবী হে চণ্ডিকে!
তারেদো ঙসিদি লালগী পুংখোল
ইমা নংনা পামজবা
তারো ঙসি নোংশা লাল্লাও
শারো থেক্লা জগোঈ।

শুম্ভ-নিশুম্ভ মধু কৈটভ
মহিষাসুর চণ্ড-মুণ্ডাসুর
হিংচা কাঙবু নৈহৎপী
লেঙশিনবীরো সনাগী সিংহাসনদা
য়েক্লা মীকোক পরেংনা
ইমাগী ঙক্তা ঙালহনগে
য়েক্লা ঈখেঙ খুজোক্লা
পলেম খৌরাংবা কোকহনগে।
লালগী পুংখোল তাংদা
ভারত পুম্বা হৌরক্লে
পাম্বোম কোটি য়াম্থৈনা
নোংথাং কুপ্লক্লে—

লালগী সমুদ্র ঈয়াইদা
ঈগী ঈথক হৌরক্লে
য়েরুবগী মীশানা
ঈমাই থক্তা তাউরক্লে
থকলো ইমা থকলো
পেল্লো পলেম পেল্লো
নোক্লো খেক্না নোক্লো
পাম্বোম তন্না থাঙ্গৎনা
শম্লাং চোইজাইনদুনা
শারো জগোঈ লৈনা শারো
নোংলৈ নুংশিৎ ঈরোইনা
অহোবা নোংখোং পুংজাও থীন
অরংবা নোংথাং তোয়কুপ্না।
রামনা পুজা হৌখরে
অশংবা থম্বালনা নখোঙ থুয়ে
পেনবীরো ইমা চামুণ্ডে !
থাদোকপীরো য়েক্না হিংচাবা
য়েক্না ঈখেঙ খুজোক্না
নখোঙ থম্বাল হামজগে
হিংচা মীকোক পরেংনা
থবাক থক্তা ঙালহনগে
পীনবীয়ু পাঙ্গল পীনবীয়ু থৌনা
য়েরু কোটি ককপদা
চোকথদবা পাম্বোমসে।

## ১৩ পোকফম লমদম

লমদম অদু ঐগীনি তাইবং থম্মোই মুংওনবা
মফম অদু পোকফম্নি থরাই মণ্ডা কৎনিংবা।
হিমালয়না কোকথোম্নি সমুদ্রনা খোঙহাম্বী
শংবানবা চরৈথক অঙোবা তুরেল খ্বাংলাকপী।
চীংথে ফিদুপ হুনবদা মালং ঈপোম লাংবনি
ঋষিশিংগী মন্ত্রনা মাইকৈ তরা নিনবনি।
মুনিশিংগী তপবন যজ্ঞ-মৈরী ঙানবনি
হোমগী মৈখু মপৈনা মুংশিবা মনম শিনবনি।
রাম-কৃষ্ণ শান্নফম বুদ্ধ-গান্ধী য়াতাফম
ফজবগী তুংনফম নিংথিবগী হৌনফম।
লমদম অদু ঐগীনি তাইবং থম্মোই মুংওনবা
মফম অদু ঐগীনি থরাই মণ্ডা কৎনিংফম।
বেদগী ঋচা কয়ানা মাগী মগুণ শীংথাবা
পোম্বী চেক্লা সঙ্গুনা পলেম কোলোই শৈশকপা।
বেদ ব্যাস বাল্মিকী ভবভূতি কয়ানি
কালী রবি তুলসী মাগী কোলোই শকপনি।
নিল্লি ঙসি কুঞ্জবন মুংশিরবা সুয়না
মালেম পুম্বা মুঙাইরি থম্মোই মরাং ঈহৌনা।
লৈবাকসিগী মচানি ধর্ম্ম-মৈরা পায়খিবা
তাইবং ঈপাক লান্দুনা লৌশিং মৈরা য়েনখিবা।
লমদম অদু ঐগীনি তাইবং থম্মোই মুংঙোনবা
মফম অদু পোকফম্নি থরাই মণ্ডা কৎনিংবা।
কোরৌ মাগী থৌগনফম থাজ শৈশিল শৈওকফম
মালেম সনা লৈময়োল ফজবগী তুংনফম।

তাইবং তুমখুল তাল্লিডৈ য়াকাইনখি নচাশিং
য়াকাই শৈরোল শৈশকডৈ মিকপনখি অপঙবশিং।
সিন্ধু গঙ্গা যমুনা থৌজাল ঈচেল পুবনি
পারী নাৱা চাউদবা অমৃত খোয়াং, ইনবনি।
হৈরাং চরোং অচুম্বা ইমাই পুক্কৈ চোনবনি
লৈরাং চরোং ফজবা পলেম লৈকোল থনবনি।
লমদম অদু ঐগীনি তাইবং থম্মোই মুংঙোনফম
মফম অদু পোকফম্নি থৱাই মঙা কৎনিংফম।
সীতা সাবিত্রী নাওয়োকপী তারা কুন্তী লাঙ্গোনবী
থৌজাল হৈবী পলেমনি চায়োক নাউয়োক ফজবী।
মুঙাইবগী তুংনফম পলেম মাগী ফৈরাথক
ওনথোই লৈগে শান্নগে নিংথিজবা মালেমথক।
ঋতু তরুক থৌগল্লি অতৎ অথম লৈতনা
খুম্না খাদ কৎলরি হৈরাং-লৈরাং খুজোক্লা।
তাইবং পান্না কল্লকই ইমা মাগী ফজবা
য়েক্রুবনা মিহৌই পলেম লনগৈ অচোনবা।
হঞ্জন হঞ্জন নৈরকই য়েক্রুবনা ওৎলক্লি
ফুদোংলবা সনাগুম ফজবতনা মহেল্লি।
পলেম নিং-তম ঙাকৈঙেদা ঈগী ঈখোং চেনখিবা
থৌনা ফবা নচানা থৱাই মঙা কৎখিবা।
লমদম অদু ঐগীনি তাইবং থম্মোয় মুংঙোনফম
মফম অদু পোকফম্নি থৱাই মঙা কৎনফম।
য়েক্রুবনা পিশুম শুক খোঙনেৎনগে লানশিংবা
নচা কোটি য়াথৈনা লালগী লাল্লাউ লাউখিবা।
খৌরি কোটি য়াথৈগী নোংশা লাল্লাউ তাবদা
য়েক্রুবনা মিপাইবা লালগী ঈথক হৌবদা।

পান্থোম কোটি চামনা থাংলেল নোংথাং কুপ্লিবা
লালশিংলবা য়েক্লবা শমজি থাইনা চেপ্লিবা।
রাণা শিবা তান্তিয়া লমল শিংথি ইমাগী
ঝান্সী রানী লক্ষ্মীনা মহৈ য়ানখি পোকপগী।

যুগ যুগ কয়াগী ঋষিশিংগী ভারতনি
চায়াম পোকপী পুকক্ষবী ভারত লৈমা ইমানি।
লমদম অদু ঐগীনি তাইবং থম্মোই মুংঙোনক্ষম
মক্ষম অদু পোকফম্নি থরাই মঙা কৎনফম।

## ১৪ শাক্লো নংগী তাণ্ডব

চানবী হৈবী ভারত লৈমা
অকনথা পোকপী অথৌবা য়োকপী
য়েংঙউ ইমা শ্লেক্লবনা লাংনশিংনরি
নংবু নৈগে থৌরাং তৌরি।

করিগী মিপাইগনি করিগী রাগনি
কাউবরা নচা কোটি য়াথৈবু
নিংশিংদরা অকনবা পোকপী নমিংবু
লাকসম্নু ইমা লোনম্বা থাগী।

য়েংঙউ ইমা শেম-শারে রাম
পায়থথলো রাম নংগী লিরুং
সমুদ্রবু থিংঙম্বা হিংচাববু তুমহনবা
ফুদোক্লো রাম নংগী থৌনাদো।

কাপ্লো লক্ষ্মণ নংগী তেনদো
হিংচা সঙ্গুনা শিনথ্রে অতিয়া
হিমালয়গী অঙোবা চীংশা নাপোমদা
চেলহল্লো ঙসি য়েক্লবগী ঈখেংনা।

কৈদা চৎখ্রে পার্থ সারথী!
নংবু কৌরি ইমানা ঙসি।
থৌরক্লে য়াঙনা অর্জুনগী দোলাই
খোংলো পাঞ্চজন্য লাউরো সিংহনাদ।

পায়খৎলো অর্জুন নংগী গাণ্ডীব
চুহল্লো ঙসি মৈগী নোংজু।
মুমিৎ তাদ্রি মতম লৈরি
হাৎলো লৌনম চাউবা য়েক্লবা।

লাক্লে ইমা নংগী অর্জুন
পাইরক্লে দোলাই মালং ঈরোইনা
লীরুং চেৎপায়না লীরী নাখোঙফং
ফজিনথ্রে পামেলফুকপা মালংগুম।

ইমাগী অগ্নি-পরীক্ষা মতমদা
করিগী ভুমখুল তাল্লি ভীষ্ম!
হৌগৎলো বীর য়াকাইরো পাখৌ
ভাইহাক থাদোকখো নংগী শর-শয্যা।

কুরুক্ষেত্রগী লালগী ঈচাউদা
ভাউখি কাওশিংগুম য়েক্লা-মীশানা
হৌহল্লো ঙসি ঈগী ঈথক
তাউহল্লো ঈমায়দা য়েক্লা-মীশানা।

হে কর্ণ! রাশকচেৎপা হে অথৌবা
মীরাইখি খন্দুনা ইমাবু রায়ৌরি
নত্তে হে বীর মতমসি ওইনবগী
ইমাবু কল্লু য়েক্লবগী মথুক্তগী।

কদায় রাণা লাকলো শিবা
বীর ভগৎ শূর সুভাষ
দূর্গা শায়োনবী ঝান্সী-লক্ষ্মী
পায়রো ঙসি লালগী থাংশাং।

লান্দবা ভারত-তা য়েক্ল-লানশিংনরি
শান্তি পাম্বা ঐখোয়দা কাইহৌরি
শারো শঙ্কর সংহার তাণ্ডব
থীল্লে ভারতস্থ লালগী পুংজাউ।

## ১৫ চেকলা পাওমেন্নখিসি

পামেল উফৈ মথক্তা মখৌ পোঙনা খোংলিবী
মালেম লৈদা তারকউ হাদ চেক্লা শকহেনবী।
ভাগ্যচন্দ্র ঐহাক্কা ঙাইহাক পাওমেন্নখিসি
মৈতৈ তমদই পাইরকপ্রা চেক্লা নপাউ তাখিসি।

লোইবী পল্লোল খারবা লোকতাক মিংশেল ওইরবা
ফৌনা ঈপোম হৌরবা হানৌ লেংলেং চৎলবা।
হৈরাং চরোং অচূম্বা লৈরাং চরোং ফজবা
উরকপরা চেক্লাও! মৈতৈ লমদম নিংথিবা॥

চীংগী উপাল রাপালনা মৈতৈ লমদম খল্লক্লে
লৈচিল নোংফাই মরক্তা মশেল মরাং উরক্লে।
মিৎকী পিরাং তমথীবা মিৎকী লম্বী থিংগ্রেনে
সুংশিজরবা ঈরৈবাক পোইরৈ লমদম উগ্রেনে॥

থৌনা লৈবা জাতিনি মীখা পোনবা হৈতবা
পীব্লবস্থ মণিপুর খুৎকন পাঙ্গনবনিদা।
মগী য়াওদ শন্নাউগুম লম্বী লমখাং কোয়নচৎ
ঐগী প্রজা অপুন্বা উরকপরা চেক্লাও !!

মোইরাং নিংথৌ খেলেম্বা খেলৈ মুংনাং তেলহৈবা
অরা লাম্মী ফব্রবা মৈতৈ প্রজা ওৎহৌবা।
উরকপরা নহাকপু হাদ চেক্লা তয়োদা!
পাঙদ্রবদি ঐহাক্লি চেক্লা নংবু কিগনু ।।

পারী কায়ন মৈচারা মালেম লৈদা ওনথোইবী
পঙ্খৌ শেৎনা মৈরীনা থম্মোই কায়না চাকচবী।
শল্লাং চোইজাইনজুনা খুদাং পিক্কম তৈহৌবী
উরকপরা তমলোদা মৈতৈ চনু শকহেনবী ।।

লাবণ্যচন্দ্র খঙবরা মধুচন্দ্র উরকপরা
নিংথৌ ঐগী মুংশিবা মৈতৈ প্রজা অপুন্বা।
মক্কম কৈদা লৈবগে কোলোই পাউমেল্লকপরা
ঐগা চিল্লোক্লখিসি ৱারী শীঙবুল শাখিসি।

ঙরাং নিংথৌ ওইরম্বা ঙসি লম্বীগী চাক্লিবা
লোইবী চীংদা লেপ্লিবা পামেল উখা য়াহিপ্পা।
মৈতৈ নিংথৌ ঐহাক্লি ভাগ্যচন্দ্র পাঙদ্রবা
পাঙদ ঐনি হঙ্গোইত্রা মৈতৈ ওইবই কিরবা ।।

মরুপ কায়নৈ ৱাদেদো পারী শেৎনৈ তেংথাদে
পলেম শকপী লাইরবী পঙ্খৌ শকপা নংলবা।
শাবী শানৌ কয়ানি ঐগী মৈতৈ প্রজাশিং
অরা মৈশা লাংহৌবা কায়না মৈনা চাকহৌবা ।।

মধুচন্দ্র শিসন্নু লাবণ্যচন্দ্র মাঙসন্নু
নিংথৌ মচাই ধর্ম্মনে লালদা থব্রাই থাসন্নু।
মণনা ব্রাহ্মণ ব্রাহৌই নুপী অঙাং কপহৌই
নিংথৌ ঐগীদমকনি হাদ চেক্লা খঙবরা ॥

চীঙ্গোম্নুংদা পোকচবী পামেল উফৈ য়াহিপ্পী
লোকন্নুং লাইজ থকচবী চীংগী হৈরাং চাজবী।
শাখপ তোয়না খপ্তুনা মৈতৈ তমদা পায়খ্রোনে
নিংথৌ ঐগী পাখোল্লোই ওইবীয়ুনে চেক্লাও ॥

হাদ চেক্লা অপিথক চীংন্নুং চাদি খম্ব্রাংচাক
মৈতৈ তমদা পাইখ্রোনে তমগী হৈরাং চারুরো।
তমগী পামেল উফৈদা নখৌ পোঙনা খোংলুরো
নিংথৌ ঈপাউ তম্নুরো চীঙ্গোই পাউমেন্নরুরো ॥

হানৌ চরৈ থোল্লিবী ভুরেল্ল লিক্লাং শিরিবী
তুম্বৌ লিক্লা তুজুংবী কুমগী নোংনা তেংথাবী।
লৈচিল শম্লাং চোইজাইনা পারী শেৎনা ব্রারবী
লৈরমগনিয়ে ইমাদো মৈতৈ লৈমা নুংশিবী ॥

ভাগ্যচন্দ্র ঐহাক্তি লোইবী চীংদা লৈহৌই
পামেল উরাং মোনখাঙনা নুঙ্গাই থক্তা ওলহৌই।
পলেম কায়না মৈচাক্লা হীক্লা হীক্লা কপহৌই
হাদ চেক্লা তমলুও মফম সিদা লৈহৌই ॥

ইমা লৈবাক মিরাইদে থব্রাই মঙা পাম্মুদে
অব্রা লাম্মী য়েক্লবা খৈলৈন্নুংনাং তেলহৈবা।
মাইথি পীগে থৌরাংনি পাম্বে থিবা চৎপনি
ক্ষপকন্নুদা পলেমও নচা তম্না লাক্কনি ॥

চেক্লা শাখপ তোয়রোনে নোংদোন পক্লা পাইরোনে
মালং ঈথক ইপোমদা লৈচিল চাংজো লাল্লোনে।
ভাগ্যচন্দ্র চৎলগে লোইবী চীংশাং লাল্লগে
য়েক্ল লম্মন শিংনবা পাম্বে থিবা চৎলগে॥

## ১৬ হিমালয়দা হংজবা

ঙসি কুনশুবা শতাব্দীগী
অনিশুবা তথ্যায় হৌরকপদা
মমাই অরাং ওন্দুনা
মপি ঈরা চেন্দুনা
ম্নুংহিক্লবা থম্মোইনা
তনিক তনিকপা ৱাহৈদা
হংলকই মুপী খোঞ্জেল অমনা
"হে হিমালয়! হে সেনাপতি!
ভারত ইমাগী সন্তরী
কদাইদা চৎখরে ঐগী লাইবক্কী সিন্দুর
কোকতরি খুৎকী মেহন্দী
লুহোংবা মুমিৎতা তৈথিবা
যৌবনগী অহানবা খোঙথাংদা
কেনখরে ঙসি পুন্সী লৈরাং
নোংঙাল্লমদাই শাৎপী শীংঘারৈগুম
ইমুং ঙানবগা লৈমাইদা ওল্লে
হায়য়ু হিমালয় হায়য়ু সেনাপতি!
কৈদা চৎখ্রে লাইবক্কী সিন্দুর?"
থম্মোই শোকপা ৱাহৈসি তাবদা

চীং লেম্না খুয়কই চীং নিংথৌনা
"হে ভারত চম্নু লাইবকফবী
করিগী মিত্তা ঈরা চেনবগে
লাইবকফবী ওইরগা
নরৈবাক নজাতিগীদমক
লৈজবা পুন্মা কৎলগা
নমা ভারত কনবদা
লাইবক্কী সিন্দুর মুৎথ্রবী
শিংঙমদ্রবা নরৈবাক্কী লম্মনবু
লাইবক ফবনা শিংলেদো।"
মুপীমচাগী খোঞ্জেল অমনা
হংলকই মিরবা খোঞ্জেলদা
মতৎ ওইবা রাহৈনা—
"হে নগরাজ! হে চীং নিংথৌ!
ঙসি রাখী পুর্ণিমা মুমিৎনি
ঐগী রাখী শেম শানা লৈরে
অদুবু কনাগী খুদাংদনো পুনগদবা?
থুনা লাকনি হায়রম্বা
ঐগী তামো লাক্তরে।
হায়য়ু হিমালয়! হায়য়ু সেনাপতি!
রানা শেমজবা রাখী সিবু
অরেম্বদা তারগদ্রনে
ঐগী তামো লাক্লরোইদ্রা?
নংদি নোংদোন পক্লা রাংবনি
পুম্নমক উবা ফংবনি
অমুক্তা তম্মিয়ু তামোদা
ঙসি রাখী পুর্ণিমানি॥"

হিমালয়না খুল্লকই—
"করিগী কপ্লি অপঙবী !
অকনবগী মচন ওইরগা
থৌনা লৈবা নবুংদি
অনৌবা যুগকী লবনি
অনৌবা যুগকী কুশনি
হিমালয় ঐগী ইথাদা
অঙৌবা উনগী মরক্তা
য়েক্লবা কয়া নৈরম্মি
চরাম্নবা নোংশাগুম
য়েক্লা তুম্না হাৎলম্মি
রাখীগী ইজৎ ঙাক্তুনা
ঙসি তুমখুল তানখরে
হিমালয় ঐগী তম্পাক্তা
অনৌবা যুগকী অভিমন্যু ওইনা
লংজা কাপ্লা শোকঙমদে
শা-কৈনা ফংঙমদে
অঙৌবা উনগী মাইখুম ফিনা
কুপতুনা থম্লি নিংথিনা।"
নুপী খোঞ্জেল অমনা
মতৎ ওইবা ৱাহৈনা
অমুক হন্না হংলকই—
"হায়য়ু হিমালয় ! হায়য়ু গিরিরাজ
অমত্ত ঙাইজবা পারী
চীংনিংথৌ নংনা কৌখিবা
কোরৌ শীংবুম য়াম্লক্রে
লোইদাম কয়া হৌখরে

অদুবু ইমাগী পারী লাক্তরে
কাক্সা খোংবা তাবদা
মপাউ লাক্লবোই নিংলিবা
পাম্বোম চোংবা খুদিংদা
করি থোকদগে খল্লিদো।

নীতি সুমিৎ খুদিংগী
শংলো মথেল লাণ্ডুনা
তরা চাকপু শীন্দুনা
চামিন্নগে ঙাইজবা
ইমাগী পারী লাক্তরে।"

খুম্নকই হিমালয়না—
"হে ইমা। পারী কায়না ল্লারবী।
অভিমন্যুগুম্বা নচা পোক্লগা
করিগী ঈরা চেল্লিবা
কর্ণ অর্জ্জুন পোকপীও
নতম্বাকী লৈরাংবু
নোক্সা আহুতি পীপ্রবী।"

হে নগরাজ। হে হিমালয়।
অনৌবা যুগকী ইতিহাসতা
নকম চাউনা কল্লেদো
খ্বাইগী পাউহংফম ওইরেদো
ঙসিনা লোইদ্রি ল্লাহংসি
কৈরাথকী নারাশিং
চোংবা ফম্না শাম্নরিবা
নোংমা লাকখিনি নঙোন্দা
পম্লো খুনাম মাদুনা

হংলখিনি রাহংসি
পম্বৌ কৈদা লৈবগে ?
হায়রখিনি রাহৈসি
পম্বৌ পীয়ু ঐঙোন্দা।
হে হিমালয়! হে সেনাপতি!
নংদি তীর্থরাজ ওইরেদো
দেশ ভক্ত যাত্রিকশিংগী।
যুগ যুগ খুদিংদা
ভারতকী চারোল স্থরোলদা
লীহৌখো ভারতকী থৌনাগী রারী
তমহৌখো অকনবগী মপাউ
হে নগরাজ! হে সেনাপতি!
হে তীর্থরাজ! হে হিমালয়!

## ১৭ ঈকোক অসি লুকথখি

ভারত মিংখৈ তাবদা ইকোক অসি লুকথখি,
খঙহৌদনা মথন্ত খুয়া খাদ নোম্থখি।
থৌজাল শক্লোল পূরবী শক্তম অমা ঙাম্থোইরে,
মোমোন নোকপা মাইথোংনা থম্মোই অসি শুক্কংলে।

শাখপ তোয়বা পুক্লিংনা পাইখি লমদম তাম্বদি,
ইতিহাস পুরাণ কয়াগী পাক্ল ঙমখৈ লাম্বদি।
রাখল ফিজং অপাকপা মমি লানা তারকই,
পলেম গুণদি নিংথিবা মন্নেক শেংনা উরকই।

হৈকোল লৈকোল কয়াদ বেদ-মন্ত্র শক্লিবা,
ঋষিশিংগী খোঞ্জেলনা 'তিয়া মকোয় নিল্লিবা।
মুনিশিংগী আশ্রমদা শক্তি-নোংশা শান্নবা
শাহিংচাবা পাম্বনা হিংসা ৱাখল থানবা।

উকুতনা ফিজেৎনা শন্নাং জটা চেপ্পুন্না,
বন খুদিং কোয়রিবা লিরুং তেন্দোং নম্বোনা।
য়াংদৌ লমশাং চৎপদা অৱা শোর ফুইহোন্না
পঞ্চবটি বনমুংগী লৈৱাংশিংগা তেমশিংনা।

পিগী ঈথক ইপোম্না অশোক বনদি ইহৌনা
অৱা মৈশা লাংখিবী হিংচা মীচৈ তাদুনা।
ইমা নংগী ইতিহাস পিরোইনবা লামাইনি,
অঙকপনা থল্লবা ভারতকীদি ৱারীনি।

সিংহাসন্দা ভাম্বোইবা রাজা শিবি য়াইফবা,
ধ্যানদা লুপ্না দধিচী য়াইবী থৱাই থাঙবা।
নংগী ইতিহাস লৈতেংনি ৱাশক চেৎপা ভীষ্মবীর,
ভারত মিংচৎ মিংওইবা দানদা থৌবা কর্ণবীর।

বোধি বৃক্ষ মখোঙদা তপস্যাদ লুপ্লিবা,
তাইবং য়াইফ থিবদা ত্যাগকী শক্লোল পুরিবা।
মাগী অমৃত বানীনা তাইবং শীন্না থুংখিবা,
মুংশিরবা খোম্থাংনা তাইবং থম্মোয় হুখিবা।

ইতিহাস লামাই খুদিংনা থম্মোই অসি চিংশিল্লি,
ইমা নংগী নগুণনা ঈকোক অসি নোলহল্লি।
কলিঙ্গগী লানফমদা চরাম্নবা নোংশা ওই,
য়েক্লবরু নৈরঞ্জা ঈখেঙ পাম্বা পাম্ব ওই।

অনিশুবা খোঙফমদা গেরুৱানা লৈতেংবা,
অহিংসাগী পূজারী প্রেমগী লাইনিং ওইখিবা।
ইমাই নিংতম লানফমদা য়েৎথাং ওইথাং পায়খিবী,
ঝান্সীগীদি মবেম্মা দূর্গা শায়োন শকহেনবী।

মালেমদা কয়া শুবগে অসিগুম্বী মমোম্মু,
থরাই মঙা কত্তুনা পলেম লমল শিংবীয়ু।
মেবার নোংশা অথৌবা সিংহাসনদা ঙাম্মোইবা,
লৈমাই থক্তা ওম্মোইবা রাণা নিংথৌ পাথৌবা।

মৈত্রবাক্কী মবুঙো জয়সিংহ পাঙ্গনবা,
ইমা নংগী নশুংলাং উখোঙ রাখোঙ য়াহিপ্পা।
হাইদোকপদা নিংথিবা নংগী ইতিহাস লামাইনি,
পায় পায় শুম্মৎপা ইমা নংগী ৱারীনি।

ভগৎ, টিকেন কয়ানি পলেম লমল শিংখিবা,
হয়াউ মোমোন নোক্কুনা ফাঁসী শগাই কাখিবা।
কুনশুবা শতাব্দী মালেম মিকপ তাল্লকপা,
সাম্রাজ্যবাদী নোংলৈনা বিশ্ব শিন্না নিল্লকপা।

ফিশেত্তবা লম্মোইবা খুগ্রাং তোংবা লৌশিংবা,
হিংসা নোংমৈ মাইয়োক্না লোইবী চীংগুম লেপখিবা।
মালেম পুম্বা ঙরুখি মিৎকুপ্তুনা য়েংনখি,
মরু ফুকপা পামেলগুম তুররনি থন্নখি।

অহিংসা লীরুং চেৎপায়না প্রেমগী লিরী লাপচিংনা,
শান্তি তেঞ্জৈ কাপ্লকপা অকিবদি লৈতনা।
বোমস্থ তোপস্থ মাইথিরে বৃটিশ পাম্ব চেনখরে,
অহিংসাগী মাইয়োক্তা সাম্রাজ্যবাদী তুখরে।

কুনশুবা শতাব্দী ময়াই তথায় চন্নকপা
মালেম মচী খুদিংদা ঈনা ঈমাই ঙাংলকপা।
চায়াম পোকপী মালেম্না তেংথা নাওই কপ্লকপা
ভারত লৈমা নহাক্কি নপাক্কী নমোম থাখিবা।

ৱারবী মালেম লৈমগী মিৎকী পিরাং কংহনবা
মালেম লৈমগী মচাশিং ইমায় য়াকা য়েংখিবা।
ঙরাংতগী থৌদোক্কি ৱাফম অদু কুংহৎব্রিবা,
লমজাউ খোনবা লম্মৈগুম য়েক্না মৈরী হৌখিবা।

ইমাই ফিজি ফিনাদ খাম্বী মৈৱাইনরকপা
ভারত লৈকোল অচীকপা মাঙহল্লগে হৌরকপা।
থৌনা ফবা নচাশিং কুমগী নোংগুম ফুইহৌনা
য়েক্না মাইথোং য়াখিবা য়াইবী থৱাই থাদুনা।

নংগী নগুণ অচৌবা মিংলেন নংগী নিংথিবা
তাবদা চাউথোক্নফম্নি ঈকোক ঐগী নোম্নিংবা।
ভারত মিংখৈ তাবদা ঈকোক অসি লুকথখি
খঙহৌদনা মথন্তা খুয়া খাদা তমজখি।

## ১৮ খোংজোম তীর্থ

মাঙদা উরিবা তুরেল'সে
তপ্না চেল্লিবা ঈচেল'সে
পীক্না ঈপোম হৌরিবী
লিরি খোজেল থোক্লীবী
মৈতৈ খোংজোম তীর্থনি।
মৈতৈ জাতিগী লাঞ্জাওদা
মনিং তম্বই লানফমদা

মৈতৈ লান্মী অকনবা
মাগী মপান্দা লেপখিবা
মৈতৈ খোংজোম তীর্থনি।

অমুবা চৱৈ অৱংবা থাংশাং
অমংবা নোংগী মৱক্তা
অৱংবা নোংথাং কুপকুম্বা
মাগী মপান্দা লেপখিবা
মৈতৈ খোংজোম তীর্থনি

মাগী মপান্দা লেপ্লবা
মৈতৈ লান্মী অথোবা
য়েক্ল পুম্বা তুজুংবা
কিবনা লোইনা নিকখিবা
মৈতৈ খোংজোম তীর্থনি।

মাগী তম্পাক্তা ওনখিবা
জাতিগী লান্মী অথোবা
অমৃত খোম্লাং ইনখিবী
অৱা মৈচাক কোকহনবী
মৈতৈ খোংজোম তীর্থনি।

স্বাধীন লৈৱাং কেল্লমদাই,
পলেম চৱৈ হোংলমদাই
মৈতৈ লান্মীগী ঈতনা
ঈথক-ইপোম হৌখিবী
মৈতৈ খোংজোম তীর্থনি।

শেংলবা মাগী ঈচেলদা
অৱংবা ঈথক-ইপোমদা
মৈতৈ পুম্বা লুপখিবা

তিঙ্জেল লাইচেল কোকখিবা
　　　মৈতৈ খোংজোম তীর্থনি।
তর্পণগী হৈরাং-লৈরাংনা
ঈমাই থুংনা তাউখিবা
মিৎলু-নাপগী পিরাংনা
পবিত্র ধারাদা তিনখিবা
　　　মৈতৈ খোংজোম তীর্থনি।
অহিং নোংয়াই অথেঙবা
মীচিক নাচিখোল তাদ্রবা
নীতি সুমিৎ খুদিংগী
পারী কৌনা তেংথাবী
　　　মৈতৈ খোংজোম তীর্থনি।
মাগী মগুণ অশেংবা
মালেম শিনবা থুংলবা
মীপুম খুদিং শোন্নরি
য়ুমথোং খুদিং শক্লরি
　　　মৈতৈ খোংজোম তীর্থনি।
মঞ্জুনবা চরৈ শেৎ
মায়থোং থম্বাল লাংশিন্না
নংদি ঙসি তেংথারি
অর্রা মৈচাক কোক্তুরি
　　　মৈতৈ খোংজোম তীর্থনি।
ভাগিরথী গঙ্গাগুম শেংলবী
কালিন্দী যমুনাগুম পুক্নপ্পী
ত্রিবেণীগুম মমিং চৎলবী
তীর্থ পুম্বদই অথোইবী
　　　মৈতৈ খোংজোম তীর্থলি।

## ১৯ চেকশিল্লু থোংঙাকপশা !

চেকশিল্লু থোংঙাকপশা ! ঙসি ঙমখৈদা নিল্লক্লে
চেকশিল্লু পাথৌশা ঙসি অমুকস্থ লাঙলক্লে
বোম-তোপ নোংমৈগী অয়াকপা খোঞ্জেল তারক্লে
মীচাক মীরল পাম্লবা মীহিংচাগী শামিন ফংলক্লে ।

চহী কুম্লাং কয়াগী মাতৃ-মুক্তি লানফমদা
রাজগ্রবী ইমাসে মীনাই য়োহ্লিং থৎপদা
ঙাইহাক মিকপ তাঞ্জরি ঙসি অচীকপা অহিংদা
মিপাই চাওবী পলেমসে পারী মমোম হাক্কন্দা ।

হিমালয়গী থোংজিন্দা মিৎকুপ্তনা লেপ্লিবা
গঙ্গা-যমুনা তোর্ববান্দা মিৎশেল খাঙনা লৈরিবা
নখোয়না মিকপ তানবদা হূরাল লাঞ্জং চংখিনি
ইমাগী তুম্বা কায়গনি পলেম লনগৈ শোকখিন ।

তারো লাও পাথৌশা ! নিন খোংবা খোঞ্জেলসে
থোঙগী নাতৈ কাঙলগে ঙসি তাংলো-অথেঙবা
তপ্পা শৎলু পৌরোন্দো অরা-অহিং নোংঙান্দ্রি
পলেম মীকপ তাল্লিঙৈ মুঙাই মঙলান কায়গনি !

শান্তি পাম্বা ঐখোয়নি মালেম য়াইফ থিবনি
য়েক্লা কাইহৌরক্লবা নোংশা শারাক থীবনি
হিমালয়গী উনলক্তা য়েক্লা ঈখোং চেনগনি
গঙ্গা-যমুনা ঈমাইদা ঈগী ঈথক হৌগনি ।

চেকশিল্লু থোংঙাকপশা ! ঙসি ঙমখৈদা নিল্লক্লে
চেকশিল্লু পাথৌশা ! ঙসি অমুকস্থ লাঙলক্লে
বোম-তোপ নোংমৈগী অয়াকপা খোঞ্জেল তারক্লে
মীচাক মীরল পাম্লবা মীহিংচাগী শামিন ফংলক্লে ।

## ২০ কনাখুনো পেলহনগদবা

হৌরককম খঙদবা
লোইফম নাইদবা
হে কাল ! হে খোঙচৎ য়াঙবা !
নংগী লোইনাইদবা ঈচেলদা তাউরিবা
মীওইবা জাতিগী ইতিহাস
বিশ্ব-জগৎকী শাংলবা পুন্সী।
ইতিহাস লমশাংনা তামখিবনা
উঙমদ্রে মীওইবগী য়েলহৌঙৈ
করম্বা চীংমাইদা করম্বা উমংদা
করি মুমিৎ থাদা
মালেমদা খোঙদারমগদগে ?
মীওইবগী ইপা-ইপুনা
কনানো মহাক্কো খঙঙমদ্রবা
মীওইপোক্তা মালেমদা খোঙদাখিবা।
মাগী চারোল শুরোলনা
মালেম শিন্না শন্দোকখিবা
কদাই আর্য্য কদাই অনার্য্য
অঙৌবা অমুবা কাঙলুপ
তোঙান তোঙানবা শক্তম
মফম মতম্না ওনখিবা শক-চুরা
তোঙান তোঙানবা মপা-মপুরা ?
মতমগী পাক-চাউরবা ঈপাক্তা
কয়া কয়া লুপখ্রে
কয়া তাউরি—কয়া লাকখিনি।
থিরুমনা হেন্না মমহল্লি

অদুবু অসিমদি শোয়রোয়
হৌরকফম লোইখিফম অমতনি
অস্থক ৱাংবা জাতিগী চেকপল
লানঙমদ্রবা ধর্ম্মগী ঙমখৈ।
কনানো ঐগী ঈ পাম্লিবা
কনানো ঐগীদমক ঈ কৎকদবা ?
কল্লক য়েংথি পল্লোলসিদগী
লালঙমদ্রে মপুগী তাইবংদা
কনাদনো ঐনা কৎকদবা তর্পণ
কনাবুনো ঐগী হৈ-লৈনা পেলহনগদবা ?
খ্বাং ফাওবা ঈরোম্ন্ংদা লুপ্তুনা
ঈশিং খুজোক থাঙ্গৎলগা
চেঙ থোইদিং লোয়ননা
তাম্ন য়েংজরি পিরোইননা
কনাদনো ঐনা কৎকদোরিবা
করম্বা ইপা ইপুনো পেনবিগদবা ?
কয়ারক পোলোই তানখ্রবা
তাইবং খুৎশেমগী জীব কয়া
মরোল অহুমদা লৈরম্বা
দ্বীপ তরেৎতা খুন্দারম্বা
কোটিনা খুজিংনবা তুমিৎ-কাঙ
পেল্লো হৌখ্রবা হৈপাল-লৈপাল
মাঙখ্রবা উরী-উপাল
ঐগী ঈশিং খুজোকসিনা
পেল্লো ইপা ইপু পুম্বা
পেনবীরো হে জগৎকী মপা।

## ২১ ইমা ভারত

হে ভারত ! হে ইমা
নংনা ঐগী থরাইনি পুন্সীনি
নংগী উফুল্লক্তনি
ওন্না থোইনা শান্নরকপা
ইমা নংগী তম্পাক থক্তনি
পুন্সী পোলোই তানগদবা।
চাদবনা কংলবা নংগী হকচাং
অরাবনা চোইজাইনরবা শম্লাং
নংগী কংলবা চিনবান্দগী
থোরক্লি অমৃত চেনবা রাহৈ।
শোক্লবা মিৎফমদগী
শিন্থরি থৌজালগী পিরাং
মসিনি মুংশিজবা শক্তম
ঐগী থম্মোইনা ঈরাচ্চরিবা।
ভারতকী অঙাং কোটিনা
ওল্লি নংগী কংলবা তম্পাক্তা
লাম্বনা চরী তৎনা
য়ারি ইমাগী অমৃত
কদৌঙৈনো ইমা !
নচাশিংগী অরাম খৌরা' কোক্কদবা ?
তীর্থ কয়া চৎলুই
মন্দির খুদিং চঙলুই
অদুবু ইমা !
চাক্লিবশিংগী পরেং পরেং
ভিক্ষারীশিংগী কাঙলুপ কাঙলুপ

চেঙ খুয়া অমগীদমক
শেগায়রবা ঝোলী থাঙ্গৎলি
পৈশা অমগী মিকানবনা
খোঙকাপ চামা তুংইনৈ
মখোয়না নংগী থরায়নি
মখোয়না ভারতকী পুন্সীনি।
কোটি কোটিনা খুজিংনবা
শেগায়বা চরৈনা লৈতেংবা
লাইরবা লৌমী-শিনমী
মখোয়গী অরা তেংথাখোল
নিল্লি নংগী হৈকোল লৈকোল
মখোয়না নংগী পুন্সীনি
মখোয়না নংগী আশানি।
ইমা নংগী হৌখ্রবা ইতিহাস
মণিনা লনগৈ চোল্লম্বা
ফৌথোক ফবী মহৈ মরোং চুম্বী
তাইবংনা মিহৌনরম্বা
জগৎনা কল্লরুখিবা
অকন অথৌগী স্বর্ণভূমি
ঋষিশিংগী পুণ্যভূমি
কদায় অচৌবা লনগৈ
কদায় অচুম্বা মহৈ-মরোং
অদুবু ঙসিদি ওইরে ইমা।
চাক্লি-ফিনিবগী ভারত;
য়েংখি য়েংখিবা খুদিংদা
অরাৎপা লৈতবা লাইরবা
মীনম শোরিবা লৈখা তাবা

ফমগী মিহৌনবা
ললগী মিকানবা
ঋষিশিংগী লৈবাক
সভ্যতাগী হৌনফম
ওইরম্মি নোংমা তাইবংগী ফিদম
কদোমদনো ইমা!
নচাশিংনা হোল্লিবা হিসে
অকনবা ঈথক-ইপোমসিদা
কদৌঙেনো থুঙ্গদবা।
তাইবং তোরৈ তোর্ববান্দা।

## ২২ শকুনি ইমা!

শকুনি ইমা! নংগী কোলোই
কল্লকপা য়েংথিবা নাপলগী ৱাংমদা।
কুমগী নোং উবদা কপ্লবা
মালং ইপোমদা মিপাইরবা
ঐগী শেগায়রবা খাংপোকশংদা ফমদুনা।
ঐগী মল্লবা থোঙনাওদা
মূনা য়েংলকলিবা মধুমতিগী উরী
মোমোন নোক্লিবী মালিকা
পোমশাৎনবা লৈরাংগা ৱারীনা
শকুনি ইমা শকুনি
মালং তাম্বা ইরোইনা
জগোই শারিবা হৈপাল লৈপাল
ইমা মখোয়গা লোয়ননা শকুনি

শক্কনি নগুণ অচৌবা।
লেপ্পাইদবা তুৱেলগী ইচেলগুম
মপোক কয়া কয়াগী
লোইনাইদবা জীবগী খোঙচৎ
তাইবং ঈপাক্তা তাউরিবা
তৎতনা হোল্লি পুন্সী হিদোম
ঙসিদি থুংলরে তাইবং হিদেন্দা
শক্লে লৈয়েংনা নংগী কোলোই
অদুবু ইমা মথংগী পুন্সীদি
তুমিৎ কাঙ কৌজেং হাৱৌ
শকপা ঙম্লগদ্রা নংগী কোলোই
ফংঙমদ্রবা মপোক সিদা
শক্কে পেন্না ইমাগী কোলোই।
অদুবু ইমা লেপ্পাইদবা তাইবং
লোইনাইরবা মীওই পুন্সী
লাক্কনি নোংমা পুন্সী পোলোই
মতমদুদা মাঙখিগনি
ঐগী ঈশৈগী স্বুর
লেপখিগনি থম্মোইগী বীণা
অদুবু ইমা লৈয়েংনা লেপখ্রবা
লেপখ্রবা বীণাগী খোঞ্জেননা
মপুগী তাইবং ঈরোম্নুংদা
লুপথরক্লবা পুন্সী ৱাকয়ৈ
মিৎকী পিনা ঈহৌরক্লবা
থম্মোইদদি নিলহনবীয়ু
ইমা নংগী মুংশী শৈরোল
অরোইবা মতম লাক্লবদা।

## ২৩ দরবার শংদা

অরাবা অহিং হৌখরে আশা কোরৌ থোরক্লে
য়াকাইরো ইমা মীকপ্লো বসন্ত অয়ুক অঙনবা
লেঙঙসি দরবার তমদুনা রাজধানী দিল্লীদা
বসন্ত কোকিল নহানা শক্লে য়াকাইরোল নহাক্কী।

ফজরে নিংথিরে ইমা! ঙসি বসন্ত অয়ুকসে
হঙ্গাম মপাল নাপুশা হৈখা মপাল পুমঙৌ ঙৌ
হৈনৌ মপাল খৌবুমথল বসন্ত কোকিল শৈশক্লে
চৗংগী পামেল তলাদা হারি তান্না শৈখুয়্লে।

ইম্ফাল ঈরিল নম্বুলগী পুরক্লে লাইজ অশেংবা
হৈগে পলেম কোকথক্তা অনৌবা অভিষেক তৌনবা
লংলবা লাইবক মথক্তা অঙৌবা চন্দন লৈতেংসি
ফজবা পীশূম কারক্তা অঙাঙবা সিন্দুর নয়সি।

ফিগে ফনেক রেশম ফুরিৎ থোল্লো ইমা ইনফি
ঙক্তা শিরো ক্যাং-লিকফাং থেৎলো নাপদা নাচোম
লেঙখৎলো লাঙ্গোই শয়াংথক লমইন পেনা থৌরাংলে
জয়গী ফিরাল হাইগৎলে মঙ্গল ধ্বনি নিল্লক্লে।

নিংশিংলকইদো মহৌশা ইতিহাসকী পন্দুপতো
ইনিংথৌদি য়াইফবা জিলা দরবার চৎঙৈদো
চৎলি ঙাস ইমানা মণি চেনবী পলেমনা
কোকথক মণি থামদুনা হরাউ মোমোন নোক্লুনা।

দিল্লী কোন্নুং মন্নুংদা দরবার চোন্না তিনবদা
লৈরমগনি নতাশিং শামান্নবী কয়ানা
চাক্তান-ফিদান্নবগুম ফিজ্জেৎ লৈতেংলদুনা
লৈরমগনি ঙসিদি ইমাগী তাংবল থাদুনা।

মীমানা করি হেনগনি পলেম্না করি নোপকনি
ফজবা লৈরাং পরেংদা নংস্থ লৈখল ওইরুনি
লৈরোল চনখ্রবা লনগৈ ঙসি ফুক্কুনা পুখৎসি
ঈরোম্নংগী মণিবু পলেম থবাক্তা ঙালহনসি।

করিগী খুদাং পিফম্নৈ খুমল চন্মু শকহেনবী
পলেম-পম্থোনা থনম্বা চরৈ ফিরোল লৈরিদো
তাবু কয়া থল্লবা লৈরাং লৈনম চূরবা
করিগী চাক্লি-ফিনিনি য়ুমথোং খুদিং চঙদুনা।

ঙসিগী অনৌবা য়ুগ চিনফেন ফবনা চুমশাবা
লৈজবা মরল খরদা উথোক্লবনা অহেনবা
লৈজবা নচাক নরলবু নমান্নবনা খঙদেদো
খঙদবনা হায়নৈদো লাইরবীনি নহাক্তি।

ভারত সংস্কৃতি লৈকোন্নি লৈখল-লৈচু য়াম্বনি
নংদি লৈনম চাউবীনি নংদি লৈহৌ চেনবীনি
খঙবিবনা মরাৎপা পলেম গুণনা মহেনবা
পলেম নিংবা অশৈবা শকউ কোলোই নিংথিবা।

অরাবা অহিং হোৎখরে আশাগী কোরৌ থোরক্লে
য়াকাইরো ইমা মীকপ্লো বসন্ত-অয়ুক অঙনবা
লেংঙসি দরবার তমদুনা রাজধানী দিল্লীদা
বসন্ত কোকিল নহানা শক্লে কোলোই নহাক্কী।

## ২৪ কদোঅদনো হোল্লিবা

চাউরবা মালেম ৱাকয়ৈ হিসে
করম্বা হিদেন্দা থুংগদবা
কোটি কয়াগী হিরোই
জাতি কয়াগী হিনাওশাবা
মহৈ মহৈ হোল্লি অপাম্বা মাইকৈদা
মনিং মমাং চিংলে হি সে
মরাক্তা হাইদুনা লৈরে য়েংউ
চৎলরোই হিসে থুংলরোই।
তোংলিবা হিরোইশিংসে
হুমাংনা মশা লুপ্লে
মখা ক্রক ক্রক চীক্লে
মমিৎসু ঈ কারে
তোংলিবা হিদি অমতা
কনানা খাদা হোল্লি
কনানা অৱাংদা চৎনিংই
কাংবু অমনা নোংচুপ নোংপোক
হিনাউ শাবনা অমদা
তেংমাই লেপ্পনা অমরোম্বদা
কদাইদনো থুঙ্গদবা
চাউরবা মালেম ৱাকয়ৈ হিসে?
লাওবা তাদে কোবা খুমদে
পুম্নমক মানা মানা পাম্বা
হিদি মচি লেংদ্রে
ময়ি চৎলে ঈশিংসু চঙলক্লে।
ৱাখল খনবশিংনা মিপাইরি

করিগুম্বা ঈয়াইদা লুপথ্রগদরা
চাউরবা ৱাকয়ৈ হিসে
তাইবং পুন্সী পুদুনা।
ঈশৈস্তু শকপা শাই হিরোইশিংনা
শৈশকস্তু মান্নদে খোন্থোকস্তু তিন্নদে
পুম্নমক হায় ঐ ঐনা চুম্মি।
তাইবং পুন্সী স্থর কায়রে
ভগোঈস্তু শাব শাই
অদুবু পুংলোন্দি চানদে
কদায়দনো মালেম লৈমা
কদায়দনো হে তাইবংপাল
হায়য়ু নংগী পন্থ‌ুংফম।
ঐগী ধর্ম্ম ঐগী সংস্কৃতি
খংনরি ঐনা হেল্লি নাপন্দা
ৱা ৱা লাউরে পুম্লাঙ লাঙলে
নোগা-নোগা য়ান্নিরে
ঈখেংতনা থূম্লে হিনুংসে।
ঙাইখো ঙাইখো হিরোইশা!
লাকপা তারে ঈয়াইসিদা
চাউরবা তাইবং ৱাকয়ৈ হিসে
অমুক্তা কনসি মালেম
অমুক্তা কনসি তাইবং।

২৫

লম্বীগী উফুলনি ঐদি
যুগ যুগ খুদিং খোঙনেৎনরবা
মপোক লাংলোল কয়াগী
তমথিবা মীচৈ তারবা
লম্বীগী উফুলনি ঐদি।
অচৌবা আশাগা লোইননা
কাগে খল্লি নোংদোন্ তম্না
অকনবা মালং ইপোমদা
অত্তুবু তারকই অমুক হন্না
মালেম লৈমাই থক্তা
তমথীবা মীচৈগা লোয়ননা
ঐনা নখোয়গা নকুনিংই
নখোয়না ঐঙোন্দগী লাপথোকনিংই
লম্বীগী উফুলনি ঐদি।
যুগ কয়াগী অভিশাপ
লাংলোল কয়াগী মীচৈ
নখোয়গী তুংনফম শান্নফম
চাউরবা মালেম পৃথ্বীসি
উফুলতনা শাবনি কাউগন্নু
মতম চূপ্পদা খোঙনেৎনরবা
লম্বীগী উফুলনি ঐদি।
পামজদে মুক্তি
নিজদে শান্তি ঐনা
হে মীওইবা নংগী
খুয়া খাগী উফুল ওইজগে

নংগী খোঙনেৎ খোঙগাওদা
ইথৌ পাঙবা ঙমজগে
হরাউ মোমোন নোকচগে
যুগ খুদিং খোঙনেৎনরবা
লাংলোল কয়াগী মীচৈ তারবা
লম্বীগী উফুলনি ঐদি।

## ২৬ ফাঁসী শগাই থক্তুনা

মৈতৈ লৈমগী মপারী ভারত মাতাগী অচানবা
স্বাধীন-সংগ্রামগী সেনাপতি মৈতৈ জাতিগী অথৌবা
নোঙাল্লমদাই শজিককুম মণিপুরগী অতিয়াদা থোক্লম্বা
ফাঁসী শগাইদা ঙাম্থোইরি মৈতৈ-নোংশা অথৌবা।

হুইয়েল লান্দা অথৌবা লানফম খুদিং জয় ওইবা
য়েরু অপূম্বা তুজুংবা কিবনা থক থক নিকখিবা
চঙজরকপদা ঙাকপীহৈবা লাল্লবদা নোংশাগুম্বা
অঙকপা মগুণ তাবদা বৃটিশ জাতি নীকখিবা।

কোহিমাগী চীংশা নাপদা চীংগী অকনবা লালহৌদা
মাইথিরবা বৃটিশ লান্মীনা অথৌবা নতেং নিখিবা
কনখিবদাই অকনবা নংনা উৎখিবদাই চানবীহৈবা
হে ঙাকপীহৈবা অথৌবা জাতিগী মপা পাঙ্গনবা।

কবোগী অকনবা লানফম খুদোং থীরবা বৃটিশ
কনবীখি অথৌবা নংনা উৎখি থৌজাল হৈবা
অদুবু লৌনম-লাংদা থুখ্রে মীনম্বগী থৌরী হুকখ্রে
য়েংউ ভারতকী অথৌবসে ফাঁসী শগাইদা লেঙখৎখ্রে।

মতিক-মগুণ তাবদা অঙকপা থৌনা উবদা
পাইবা ঙম্মি হায়নবা মাঙবা ঙম্মি শোন্নবা
স্বাধীন পান্ব অকনবা পান্ব কৈরেল ফাগুম্বা
ঙাইখো বীর টিকেন্দ্র নিংতম লান্মী লুচিংবা।

চাউরবা বৃটিশ সাম্রাজ্য মরা চেৎলোই চিংনবনা
লোঞ্জা-লোনথুপনদুনা নংতবু ফাগে থৌরাংবা
চিফ কমিশনার ক্বিন্টন পোলিটিকেল এজেণ্ট গ্রিমউদ
মিষ্টর জিমসন কাসিন্স কর্ণেল স্কীন কেপতেন বুচর।

হুরান শাজৎ চৎখিবা অহিং লোন্না লালহৌবা
তৌবিমল খঙদ্রবা য়েক্লবা লানফম খুদিং কনবীখিদরা
জাতিগী নিংতম ঙাকপদা ফাঁসী থৌরী হুকখ্রেনে
য়েংউনে লৈবাক মচাশা! ঐখোয়গী বীরেন্দ্র টিকেন্দ্র।

দেবরাজ ইন্দ্রনা ঙান্থোইগুম সনাগী তাংবল মথক্তা
লাইয়াম সভা তিনবদা লাইরৈবাক লমদম অদুদা
পাথৌ নংনা ঙাল্লিদো ফাঁসী শগাই মথক্তা
ঙসি চৎলমদাই মতমদা লৈগী দোলাই মথক্তা।

পোইরৈ নংগী নুংশিবা সনা-লৈবাক নরমদম
মীনাই য়োহ্লিং চনখ্রেদো য়েক্ল-ফিরাল হাইখ্রেদো
করিদি তৌনি পাথৌও বিধাতাগী খুৎশেন্নি
পিগী ঈথক হৌফদে নোক্লা লেঙঙু অথৌবা।

চৎলোকো হে অথৌবা লৈগী দোলাই শেমশারে
নোংলিককুম্না তারক্লে নন্দন-কাননগী লৈরাংনা
ঐখোয়সু নোংমা লাক্কনি পাথৌ খুনাম মাদুনা
বিদায় পীরে ঙসিদি মণি চেনবী ইমানা।

## ২৭ সুমিৎ অদু ঙসিনি

চহী-কুমজা কয়াগী চেৎল মীনাই-য়োহ্লিং
মীরৈবাক মীজাতিগী তমথিরবা কারাগার
চোইজাইনবা শম্লাং ওই মঞ্জুনবা চরৈ শেং
খুদাং পিফম তৈদুনা অরা মৈশা লাংখিবা।

সুমিৎ অদু ঙসিনি ইমা নংগী নিং-তম্বা
শতাব্দীদি কয়াগী মীনাই য়োহ্লিং থৎখিবা
ভারত স্বাধীনতাগী মপোক সুমিৎ ঙসিনি
ভারত বাসী ঐখোয়গী অথোইবদি পর্বদিন।

হরাউ ঈথক হৌদুনা ককঙাউনরবা নচাশিং
জয়গী ফিরাল পায়দুনা পলেম কোলোই শক্লুনা
মাইকৈ তরা নিনখিবা কোরৌ নোংদোন শিনখিবা
পৃথ্বী পুম্বা তুজুংখি জয়গী খোঞ্জেল তাবদা।

নৈত-লাইর কয়ানি লোমী শিনমী কাংলুপনি
ঈহৌরকখি প্রজাশিং কোটি কোটি খুজিং ওই
কাউখি ঐখোয় পুম্বনা নিংতম লালগী চোকথবা
সাম্রাজ্যবাদকী ওৎ-নৈবা য়েক্লবগী চৈফুবু।

উষা কৌবী লাইরেম্বী লাইবক সিন্দুর লৈতেংনা
ঙাংঙ্রানবা চরৈ শেং অমৃত চফু পায়দুনা
হৈথখি কোকথক্তা অভিষেককী মতমদা
ইমা ভারত লৈমাও! সুমিৎ অদু ঙসিনি।

দিল্লী লমদি লমসুংশি মালেম সনা লৈময়োল
সনা তাংবল মথক্তা পলেম নংনা ঙাম্মোইদৈ
শীঙেল লৈরাং খুজোক্লা খুম্না থম্বাল থুমখিবা
অয়ুক-মালং ইপোমদা পোম্বীনা নগুণ শকখিবা।

মাতৃ-মুক্তি যজ্ঞদা মশাবু হোম পীখিবা
নিংতম লালফম ময়াইদা আত্মবলি কৎখিবা
নোংমৈ শঙ্গিন মাইয়োক্তা পুন্সী পোলোই তানখিবা
ফাঁসী শগাই মথক্তা লৌনম-থৌরী হুকখিবা।

মুঙাইবগী মুমিৎতা খুদাং পিফম তৈখিদো
পারী নমোম নিংশিংনা ইমা নংদি তেংথাখি
ভারত নিংতম মুমিৎকী মপোক মুমিৎ ঙসিনি
কুম্লাং কুনগ মঙানি কুমমুংশিদি কুমওম্নি।

কুমজা কুমওন কুনমঙা হৌখ্রবদি লমশাংনি
ঙরাংতগী থৌদোককুম থম্মোই মুংদা নোহৌনৈ
মুংশিখিবা মুমিৎনি লকামুংদা য়েকখিবা
আগষ্ট থাগী থাবুক্তা তরামঙানি চনবদা।

হুরানবনা হুখ্রবা হাঙলবদি লনগৈনি
শেমগৎলি শাগৎলি হাপচিল্লি নচাশিংনা
চহী কুনগমঙাগী থবক্কীদি লাঞ্জংনি
য়ৈথায় থিঙ্গায় মরক্তা লৈত-লাইর লানফম্নি।

অরাবগী নোংলৈদা য়েক্না খাম্বী মৈরক্তা
চান্নবদি মালেমদা ঙসিগীদি পৃথিবী
ইমা নংগী নিংতম্বা তেল্লবদি পুন্সীদা
লমজিং মৈরা পায়রক্লি শান্তিগীদি লম্বীদা।

মুমিৎ অদু ঙসিনি ইমা নংগী মুঙাইবা
শতাব্দীদি কয়াগী মীনাই য়োহ্লিং থৎখিবা
ভারত স্বাধীনতাগী মপোক মুমিৎ ঙসিনি
ভারত বাসী ঐখোয়গী অথোয়বদি পর্বদিন।

---

Second Part

# ঈপোম

## ১ ঈহৌরক্লেনে

ঈহৌরক্লেনে ইবুঙো ঙসিদি
নংগী প্রেমগী ঈথক্লা
ঐগী পীক্লা থম্মোই তুব্রেলদা
চেল্লক্লেনে চাংজো পানা।
মিৎলু নাপোম থূম্বা পিরাং
মানি নংগী মুংশি ইপোম্নি
ঈপাম্ব্রাদ ওইরসম্ম
থম্মোই চাংজো পানবা।
অতুবু কদৌঙৈ শাৎকবা
ঐগী থম্মোই ঈচেলদা
নংগী নখোঙ থম্বালদো
থৌজাল লৈহী পাথোক্লা।
কুমওন পুবা ঈপাম্বা
লেপখিগনি লোইদাম কয়া
কংখিগদরা খনবদা
ব্রাদবা ঙমদে থরাইসে।
থৌজানবীয়ুকো চানবীহৈবা
ঈনোৎ তত্তনা হাপ্পীয়ু
মুংশি ঈথক-ইপোম্না
মতম নাইদনা হৌনবা।

## ২ থিজবা

লমদম কৈদা লৈবগে
শকখঙদবা নহাকপু
পনথুংফমস্থ খঙদনা
চৎলি নংগী লম্বীদা।
মালংনা ঐবু কৌরম্মি
থাজনা নপাউ তম্লম্মি
লৈরাংনা নংবু য়েংহৌই
পোম্বীনা নগুণ শকহৌই।
উনিংবনা নহাকপু
কপ্লি ঐগী থবাইনা
মফম কৈদা লৈগ্রবা
শকখঙদবা নহাকপু।
খোঙচৎ য়াঙবী তুম্রেলনা
নংগী মাইকৈ তম্নরি
থবাম্মীচাক পরেংনা
মিৎকুপ্তনা য়েংনরি।
হৈনৌ মপাল খৌবুমথল
খোবোংননা খোংলিবা
বসন্ত কোকিল নহাসে
মানি নংবু কৌরিবা।
যুগ যুগান্তর ফাওদুনা
লৈচিল খেৎপা চীংজাউনা
নংগী লম্বী য়েংজরি
নোংজু মুংশা খাঙদুনা।

কুমগী নোংখোং অহানবা
মানি নংগী নপাউনি
তাইবং মালেম নখুৎশেম
নংগী শান্তি পাউজেলনি।
পিরোইনবা মিৎয়েংনা
উদবা নংবু য়েংজরি
শক্লাইদবা নহাকপু
থম্মোইনা তোয়না কৌজরি।
নংবু খৌরাংজরবা
ঐগী পুক্লিং শঙীনা
তাইবং লৈকংলাসিদা
থিরি কঙাউনদুনা।
লমশাং য়াম্বা তাইবংদা
শুরু মম্বা মালংদা
য়োগে নংগী নয়মদম
নংগী থৌজাল মঙান্দা।

কৈগীদা।

## ৩ তাইবং ঈপাক্তা

নংগী তাইবং ঈপাক্তা
হোল্লি ঐগী পুন্সী রাকয়ে।
মল্লবা য়ুরবা হিনি
চঙলক্লি ঈশিংসু তত্তনা।
চোকথোক্লি ঈশিং খুজোক্লা
অমুকসু হোল্লি নৌরেলসি।
নংগী তাইবং ঈপাক্তা
তাউরি ঐগী পুন্সী রাকয়ে।
হৌরক্লি অচৌবা ঈথকসু
লাক্লি ইংপোম কয়া কয়া!
তনিক তনিক্লি থরাইসি
লুপ্লগদ্রা পুন্সী রাকয়েসি।
নংগী মাইকৈ পাংনা
হোনবা শারি তফিংনা।
চোকথরক্লে ননাইগী পাম্বোম
লুপথরক্লে পুন্সী হি'সে।
হৌরক্লে অকনবা নোংলৈ মুংশিৎ
লাকশিল্লক্লে তাইবং ঈরোম্ংদা।
হুনবীরক্লো খোজালগী থৌরী
লীতোন্দু পায়দুনা লাকচগে ননাক্তা
নংগী তাইবং ঈপাক্তা
তাউরি ঐগী পুন্সী রাকয়ে।

## ৪ অভিসারিকা

কৌরে ঙসি অথেঙবা অহিংদা
অথাপ্পদা খোংবা বাঁশীগী খোঞ্জেলনা
তপথবা য়াদ্রে মফম সিদা
তত্তনা কাইহৌরে মালং পাওখোললোই।
থুনা লোল্লো শমগী বেণী
থেৎলোনে ইতা নাপগী লৈরাং
নমজরগে চান্নবী লাইবক্কী সিন্দুর
হোংলগে ঙসি অনৌবা চরৈ।
পুনবিরনু অমুক খোঙদা নুপুর
শিবিরনু ইতা খুত্তা খুজী
কায়রগনি ঐগী অচীকপা খোঙচৎ
তাখি উখিনি লমলানবা কনানা।
থাউমৈ পায়রক্কনু মৈরা য়াওরক্কনু
খোঞ্জেল থোক্কনু তুমিন্না লৈয়ু
লৈহৌরো ইতা মফমসিদা
ইথন্তা চৎচগে অমম্বা অহিংদা।
অহিংগী মমৈ ওইরে ইতা
শজিক থাবানা ঙাল্লে অতিয়া
খোংলনি হৌনা তাউবা হূইনা
নিল খোংলনি পোম্বী চেল্লানা।
থোঙগী পৌরোল চেৎনা লোল্লো
য়েংলম্নু অমুক ঐগী লম্বীদা
পোত্থাবা লৈত্রবা অরোইবা খোঙচৎনি
তিংখংগী লম্বীনি ঈপাক্লা থল্লবা।

খায়রদু অমুক পায়রদু ফিজী
মীৎকী পিনা খিকপীরমু ঐঙোন্দা
সনাগী জিঙ্গু রনা মখোঙদা পুল্লবী
পোম্বীগুম লৈনিংত্রে নহাক্কী ননাক্তা।
অকনবা নোংলৈ মুংশিংৎকী মরক্তা
ফাওদুনা অচাকপা লম্মৈগী মৈরক্তা
চৎচগে ইথস্তা মফমদু য়োনবা
কচ্চগে থরাই থম্মোইগী মপুদা।
শুক্লাময়বা অথেংবা অহিংদা
নোংথাংনা ঙাল্লি মুংশিগী লম্বীদা
নোংগী ঈশিংনা চায়বা লম্বীনি
মিৎকী পিনা চোৎলবা হকচাংনি।'

## ৫ লীলা ফম্পাক্তা

নংগী তাইবং লীলা ফম্পাক্তা
ঙাম্নি নুমিৎ-থা থরাম্মীচাক
লৈরি চীং-তুরেল পুম্বা
নিংথিনা শেম-শারি লৈ-শুনা।
মশীং থীঙমদ্রবা জীবশিং
তুমিৎ-কাঙ কয়া কয়া
থোরক্লি লীলা ফম্পাক্তা
মাগী মাগী শরুক য়াদুনা।
কনাবু থাগৎনৈ ফজ বাহৈনা
কনাবু চৈনৈ অথি বাঙাংনা
ঐগীসু শরূক লোইশিল্লক্রে
ঙসি নংগী লীলা তাক্লক্তা।
ঐগী মওং তাদ্রবা অভিনয়
ফজহনবা ঙমখিদ্রে নংগী লীলা
বারৌবীগম্মুকো হে ইবুঙো!
ননাইনা য়াম্না লঙজগ্রে।
নংগী লোইনাইদবা লীলা
শাম্নহৌখিনি মতম চুপ্পা
মতম লোইরবা ঐখোয়তনি
নিংবা কায়না হনখিগদবা।
পুন্সী পোলোই তান্দুনা
চৎলমদাইদা লীলা ফম্পাক থাডুনা
খল্লুবদা নিংঙম্লক্লে হৌজিক্তা
চেকশিলহৌদ্রবা পুন্সীগী লীলা!

## ৬ কাঙবীরো ইবুঙো

কাঙবীরো ইবুঙো থোঙগী নাতৈ
উহনবীরো ঙসি মুংশিবা শকুম।
যুগ কয়া কয়াগী লোইনাইদ্রবা খোঙথাং
লাংলোল কয়া কয়াগী খম্নাইদ্রবা মিৎয়েং।
থুংলুরে থোঙজিন কয়া নংগী মুংশি লিচীংদা
লৈরমদে নহাক্তি ওকলমদে কনানা।
লোইনাইদ্রবা থোঙজিন তুরোইনবা খোঙথাং
কদৌঙৈনো ইবুঙো উন্নগদবা নহাক্কা।
খম্নাইদ্রবা লম্বী লাংলোল লানবা খোঙচৎ
উঙমদ্রবা পম্থুংফম লমনায়দ্রবা নরমদম।
কাঙবীরো ইবুঙো! থোঙগী নাতৈ
উহনবীরো ঙসি মুংশিবা শকুম।

## ৭ তিনশিনবীরো

তাইবং শীন্না লৈরিবা
জীব খুদিং ঙান্থোইবা
নংগী তুবুম অমনা
মালেম লৈকোই পুরিবা।
মফম লমদম কৈদনো
ফংগদবা ইবুঙো
নক্লা লৈনা উদবা
লৈরে খঙনা ফংদবা।
কস্তুরিকা শজীনা
খোইদৌ চন্দন পুরগা
থিরি কঙাউনদুনা
উমং রামং ফাওদুনা।
সংসার মরিচিকাদা
তাইবং শজী কয়ানা
য়াইবী থরাই কৎনরি
মপু নংবু থিবদা।
কদৌঙৈনো ইবুঙো
নংবু থিবা ফংদৌবা
লম্ফাং য়াম্বা তাইবংদা
লম্মাংলবা ননাইনা।
অমম্বগী রাংমদা
মায়া ফিজং লান্দুনা
পুবিরোনে ইবুঙো!
মঙালগীদি মাইকৈদা।
নংগী মালং ইপোমদা
তিনশিনবীরো ইবুঙো!
ঐগী থরাই লৈনমসে
মতম কুইনইদমক্কা।

## ৮ সংসার সমুদ্র তোর্বান্দা

সংসার সমুদ্র তোর্বান্দা
শাম্নরি মশিং নাইদা মীশিংনা
শাগৎলি লৈঙোইগী দলাল কয়া
নিংখায়গদবা মতমগী চৈফুদা।
কনানা শাম্নরি ভুল তাদুনা
কনানা ওল্লি লৈঙোই শেক্তাদা
মমিৎ-মমাই-লৈঙোইনা তৈরে
পুরে লীলাগী অনোবা শক্লোল।
নোগী তাম্থা পীদুনা
হোন্দোকখ্রেনে ঈয়াঙ্গী তম্না
য়েংউ লুপথ্রিবসি ঈরোম্নুংদা
অকংবা ঈথক্লা ফুবদা।
হিরুবাক্তা কমদুনা নিঙাইদনা
খোংলি বাঁশী মুংশিবা স্বরদা
কনানা শক্লি মুংশি-শৈরোল
মালং ইপোমদা তাউদুনা।
মপাল নাইদ্রবা চাংজোসিদা
শেম্লি হিদেন কয়া কয়া
মশীং খঙদনা লাক্লি
চৎখিবস্থ মশীং থীবা ঙমদে।
অচৌবা লৈঙোইগী পল্লোল
ঐগী মদুনা নংগী
নোংমা লুপখিনি ঈরোম্নুংদা
খারিবা অরেম্বা পন্দো

তাইবং কৈথেল থমদুনা
কনানা হনথ্রে অমম্বা লম্বীদা
অদুবু ফমহৌবস্থ কোঙ্গায়নি
অনৌবা পোৎশিৎ ঙাইদুনা।

## ৯ মুংশি তুরেলগী হিয়োনবা

হে মুংশি তুরেলগী হিহোনবা
কদৌঙৈ হোলক্কদবা থৌজালগী হি
কুম্লাং চুপ্পা ঙাইজরক্লি
হিদেন্দা মিৎকুপ্তনা ফমদুনা।
তোরৈ হনগৎনা হোনগৎলি
ঈথক ইপোম থকচাননা
ঐস্থ তোঙ্গে ঙাইজরি
নংগী থৌজানগী ব্রাকয়েদা।
কদৌঙৈদা য়োরক্কদবা
ঐগী লাইর হিন্দেন্দা
লাঙদুনা থমজরি মুংশি খুদোল
কচ্চনবা নখুয়া থম্বালদা
কচচগে থমজবা মুংশি লৈরাং
মিংকী পিনা খিকচদুনা
লৈমল চনথ্রেদো ইবুঙো
নখোঙ থম্বাল য়োদ্রিঙৈ।
পুক্লিং লৈকোলদগী হেক্লকপা
লেংজরে মচুগী লৈরাং পরেং

অত্তুবু কংখ্রদরা অরেম্বদা
নংগী নঙকশম য়োদ্রিঙৈ।
পীক্লবা শমু কেগামদা
মুংশিগী থাউ হৈদুনা
চূখৎচরে থল্লাই থাউমৈ
অত্তুবু মূৎলগদরা খাঙ্থক্তা।
ঐগী কপ্পা কোবা তাদনা
হেন্দোকখ্রবদি ঐগী হিদেন
অরেম্বা ওইগনি থোৌরাং পুম্বা
মাঙলনিদো ঐগী পুন্সী।

## ১০ নোংজুগী অহিংদা

ঙসি নোংজুগী অমম্বা অহিংদা
লাকচরি ইবুঙো নংগী মাইকৈদা
মল্লে অতিয়া মল্লে পৃথ্বী
চুরি লেপ্তনা অফুইবা নোংজু।
থাংলি খোঙথাং নংগী মাইকৈদা
থিংঙমদ্রবা আশাগী মৈরা পায়দুনা
পূমচোৎ চোৎলে য়েংউদো ইবুঙো
চোৎলে শল্লাং চোৎলে ফিজেৎ।
নোংজু থাগী অফুইবা নোংলকসিদা
মিৎলু নাপসিদা হৌরি ঈথক
চীং-তুরেল উমং-ল্লামং
পূম্নমক লাল্লক্লে য়েংউদো ইবুঙো

ইকাইবগী পল অকিবগী ঈপাক
লাম্থোক্লে প্রভু! ব্রানা লাঙ্গরে।
নংগী লমশাং তানবদা ইবুঙো
চোকথরে হকচাং তুরোইনরে খোঙথাং।
নোংপোক অতিয়াসে মচু ঙাংঙ্রানরে
পোশ্বী চেক্লা য়াকাইরোল শকলে
নংগী লাইশংদি চেৎনা লোল্লে
ননাইদি হল্লরোই অমুক চৎলরোই।
ঐগী শাংলবা পুন্সী লমশাংদা
হনবস্থ ঙম্নরোই কেম্লবা হকচাংনা।
চরৈনা শরাশন শম্লাংনা চোইজাঙ্গৈনা
খোঙচৎ লোমগ্রে পাঙ্গল লৈত্রে।
কোক্কী শমজিরৈ মালেম লৈওম্নরি
ঙক্কী লিক্লাং উফুলনা তোৎলে
তুরেদো মউ চোক্লবা হকচাং পামেল
ঙসি নংগী খোঙজিন্দা মালেম লৈওম্নরে।

## ১১ শেম-শারে

লৈরাংভনা শেম-শারে ঙসিদি
ইবুঙো ইশানা ইশাবু শেমজরে
নংগীনি খম্না লেংজবা লৈগী পরেং
লৈতেংলে ঐগী ঙক্কশমদা য়েংউ।
শমজীদা শমজীরৈ নাপদা নাচোম
ওইরে ঙসিদি লৈগী লাইরেম্বী

লৈনমতনা চুরে ঐগী শগ্নাং
লৈনম ঈথক হৌরে শেংলিবা চরৈ।
ঙসিদি পুমহাঙ হাঙলে খুৎসে
পুরক্তরে নঙোন্দা কৎনবা লৈরাং
ঐঙোন্দা লোইনা লৈতেংখরে
নংগীনি খন্না থৌরাংজবা শীঙেল।
লৈতনা লৈতেংলবা ঐসি নংগীনি
লৎনবীমু ইবুঙো নংগী নখুৎশেন্নি
শেম শারিবা পুন্নমক নংগীনি
ঐসি লুপশিনবীরোনে নংগী স্থর ইপোমদা।

## ১২ তাইবং-কৈথেল

তাইবং-কৈথেল খমজিন্নক্লে
পুন্সী চেংজেল লোইশিন্নক্লে
ঐদি হৌজিক্তা শেম-শারি
ননাক্তা লাক্লে থৌরাংজরি।
কল্লক-য়েংথি অপাম মুংশী
মায়া-লাংদা থুরুবনা
কাউথোকলুই অপঙবা পুক্নিংনা।
ইবুঙো নহাকপু ননাইনা।
তাইবং পুন্সী মুমিদাংরাই
কোন্নৌনা মমুম চঙলমদাই
মীপাইরি অপঙবা পুক্নিংনা
তনিক্লি মল্লবা হক্কচাংনা।

মপোক কয়াগী শাংলবা লমশাং
যুগ কয়াগী লেপত্রবা খোঙথাং
বানা য়োই ভক্তনা ননাক
ফংজে নখোঙবু পেঙনা মহাক।
পোম্বীনা নগুণ শক্লকপা
মালংনা নপাউ পুল্লকপা
তারুদে নাপল ময়াই কারিবৈ
উরুদে মায়া ঈপাক তাউরিবৈ।
উঙমদবা শক্তম য়োঙমদবা নরম
কদোঙৈ উদোবা কদোঙৈ য়োদোবা
শল্লুবদা বারে হকচাং অসে
লাম্বদা ফংদ্রে ননাইগী পুক্লিং অসে।

## ১৩ বসন্ত অমুকসে

ঙসি বসন্ত-অমুকসে
হৌথরেদো অরেম্বদা
শকহৌদনা মুংশি শৈরোল
পামজবা নংগী ঈশৈ শৈশক॥
মালং-ইপোম মরক্তা
লৈনম-ইথক ঈহোরে
অমুক-মালং কাইহৌদ
লৈরাং মোমোন নোকচরি॥

বসন্ত-কোকিল নহানা
নংগী কোলোই শক্লিবা
নংগী য়াথং ইন্দুনা
শীঙেল লৈশাৎ তম্লিবা ॥
থৌজাল হৈবা ইবুঙো !
থোরকভরে ঈশৈসু
হৌরক্করে সুর-ঈথক
লাক্করে ছন্দ ইপোম ॥
ঙসি বসন্ত অয়ুকসে
হৌখরেদো অরেম্বদা
শকহৌদনা মুংশি শৈরোল
পামজবা নংগী ঈশৈ শৈশক

## ১৪ ঐনা শক্কে থন্দনা

ঐনা শক্কে থন্দনা মথন্ত শকখিবা ঈশৈনি
ঐনা শাগে নিংদনা মথন্ত থেকখিবা থুৎথেক্নি ।
বীণা খোঞ্জেল তাবদা জগোঙ্গ শারিবা লিলগুম্না
শাদানবগী বীণা সুরদা শুম্বাৎলবা শজীগুম্না ।
খঙহৌদনা থাখিবা ঐগী তাম্থানি ইবুঙো !
ঐনা থিংবা ঙমদবা থম্মোই মুংগী ঈহৌনি ।
অথীবা ফজবা পুম্বা নহাক্কীনি ইবুঙো
নংগী নখুৎশেম বীণাদা নংনা ঈশৈ শকপনি ।
শক্লবা শৈরোল লৈজদে সুর তালসু খঙজদে
খঙদবা সুর ইপোমদা ঙাওরি তাউরি নলাইদি
শকউবদা মপু নংগী তাদবা মুংশি শৈরোল
তংতনা হৌরি থম্মোইদা থিংঙমদবা ঈথক-ইপোম ।

## ১৩ শকউদবা চেক্লা

যৌবন-বসন্তগী অহিংদা আশা লৈরাংগী ফমুঙদা
ওম্না থোইনা লৈজবা অৱা অনা খঙদ্রবা।
ঈথক-ইপোমদা ৱাখলগী, তাউথংখি কাওশিং অৱাবগী
মঙলাঙ্গাগী পাক্ল অতিয়াদা পুক্লিং চেক্লা পাইরুরে।
চীংখৈ ফিদুপ হুনখরে কোৱৌ মশেক য়ৈরক্লে
অয়ুক মুংশিৎ হুল্লক্লে হৈনম-লৈনম পুরক্লে।
বসন্ত অয়ুক্তা পুন্সীগী থম্মোই লৈকোন্দা ঐহাক্কী
খোংলরে শকউদবা চেক্লা মাইকৈ পুম্বা নিনখরে।
আশাগী ঈচেল ঈথৈরে মুংঙাইবা মঙলাল কায়খরে
চেক্লাগী খোম্থাংনা লুচিংলে ঐস্মু তত্তনা তাম্নরে।
ময়েক নাইদবা খোম্থাং শকউদবা চেক্লাগী
থম্মোই মরাং হৌহল্লি ঐগী পুক্লিং শুক্নাৎলি।
চীংজাউ কয়া কারুরে পাৎ কয়া লাল্লক্লে
অশুকপা বনদা থিরুরে চেক্লা উবা ফংদরে।
খোম্থাংতনা পুমনিন নিল্লে খোঞ্জেলগী হৌফম খঙদরে
তাইবং লৌবুক্তা লম্মাংনরে ৱাখল লংজা পুনখরে।
অশংবা মনারক্তা তোংবরা অমুবা লৈচিলদা লোৎপরা
কৈদনো চেক্লা নংবু তাম্না 'তিয়াদা পাইবরা?
নংনা য়েংলগা অঙানবা ঐঙোন্দা মম্না থোক্লিবা
নংগী খোঞ্জেলদি তারিবা ঐনা কৌবদি তাদবা।
নংনা অঙানবদা লোৎলিবা ঐনা অমম্বদা থিরিবা
নংনা লোৎতুনা লৈরগা ঐতনা কোয়থি থিরিবা।
ফোংদোক্লো শকউদবা চেক্লাও। শান্নব মপুং ফাহনসি
চাক্তামিম্নসি হৈকোম্নুংদা কাইদোংমিম্নসি লৈকোম্নুংদা।

## ১৬ নৌদুম লা লৈবা

নৌতুনতা লৈবা নংগী ঈশৈনি
অত্তুবু শকচগে অনৌ অনৌবত ঐনা।
কোয়ৌ সুমিৎ শীংবুম খুদিং
পীনবীয়ু অনৌ অনৌবা শৈরোল।
ঈশৈস্থ নংগীনি স্থরস্থ নংগীনি
তাউরি ঐনা নংগী ছন্দ-ইপোমদা।
নৌতুনতা লৈবা নংগী ঈশৈনি
অত্তুবু শকচগে অনৌ অনৌবত ঐনা।
নংগী ঈশৈগী ঈথক-ইপোমদা
লুপচগে তাউজগে পেঙগে ইবুঙো।
স্থর-ছন্দগী ঈপাক্তা লুপতুনা
কাউজগে তাইবংগী অৱা-মৈশা।
লৈজদে ননাইগী শৈরোল অমা
লৈজদে পুক্লিং শুক্নৎপা স্থর।
পুন্নমক নংগীনি ইবুঙো
মমিংতা ওইবনি তোল্লবা ননাইদি।
নৌতুনতা লৈবা নংগী ঈশৈনি
অত্তুবু শকচগে অনৌ অনৌবত ঐনা

## ১৭ তুৱেল

শুক্লা মল্লবা চীঙ্গোন্দই উপাল য়াপালনা কুপ্লবা
চাউরবা তুঙ্গাই ময়ক্তই উয়ী য়ায়ীনা ফজবা
থেক্লা খোয়না চেন্দুনা
মফম কৈদা চৎলিবা?

অৱাং অৱাংবন্ত পাম্নবা অচৌ অচৌবত্ত থিনবা
তাইবং পানবই শাজৎনি মীওইপোক্কী হৌনশা
অৱাংবদা পোকপী নহাক্লা
করিগী অনেম্বদা চৎলিবা ?

চীংগী চীঙ্গোল লান্দুনা উমং কয়া শমদুনা
পোত্থাদনা চৎলিবা অহিং-সুংথিল খায়দনা
কনাগী মাইকৈ পাংবগে
নংগী লমথুংকম কৈদনো ?

থৱান্মীচাক্ল থাম্লবা অরংবা চৈরৈ শেৎতুনা
লিরি লিরি খোজেলনা হৱাও শৈশক শক্লুনা
কনা উম্নগনি হৱাওবা
করিগী য়াঙনা চৎলিবা ?

থাজনা মোমোন নোক্লবা থাবম্না ইপোম হৌরিবা
হৱাও ঈথক কাদুনা নংশু মোমোন নোক্লিবা
কনাগী মপাউ ফংবগে
করি থম্না হৱাউবা ?

অচৌবা চীংজাউ কয়াদা থেংথু ঙাথু চৎলম্মি
লিরি লাউবা খোজেলনা নাপদা ৱারী শারম্মি
কনাগী মপাউ হংলিবা
করিগী য়াঙনা চেনথ্রিবা ?

চিংনা চিংনা য়েংলম্মি লৈনা লৈনা থিরম্মি
নারক মোংশোং মরক্তা অচৌবা মুঙ্গাই মরুমদা
ৱাৱা লাউনা কৌরম্মি
থুনা য়াঙনা চেনখিদো ।

মফম অদু য়ৌরগা অমুক হম্না লাক্লরোই
পামজবা মাবু ফংলগা চৎফম অমা লৈরৱোই
নংশু মঙোন্দা ত্তিনগ্রনি
তোঙান উবা ফংলরোই ।

## ১৮ অরোইবা খোঙচৎ

য়ুমথোং খুদিং চৎলুরে
খোঙজিল থুংনা লেপলুরে
কনানা ঐবু কৌবিদে
কনাস্সু হয়া য়েংবীদে।

অহিং তাংলৌ থেংখরে
তাইবং ভুমখুল তায়রে
পামজবা লমদম য়ৌদ্রিদৈ
মুংশিবা শক্তম উদ্রিদৈ।

তুংগী লমদম তামখরে
মাঙগী ঙমখৈ ফংদরে
তুরোই ঙায়োইবা খোঙথাঙনি
চোকথরবা ঐগী হকচাংনি।

কৈদ লৈবগে নহাকপু
শকখঙদবা মরুপও
কয়া তাম্না লৈপ্রবা
মুংশিবা নংগী খোঙজিন্দো।

শুক্লা মম্লবা অহিংনি
নোংলিক ফুঙৈনা চুরবা
নোংথাং মৈরা পায়দুনা
লাক্লি নংগী মাইকৈদা।

পাৎ কয়া কূমলুরে
তুরেল খুদিং লাল্লুরে
অরাংবা চীংজাউ কারুরে
মুংশি লমদম তানবদা।

তিংখং তুম্মৌ য়ুবনা
ঈতনা হাম্নে ঈখোঙসে
মিৎকী পিনা চামথোক্লে
ঐগী হকচাং শেংদোক্লে।

অহিং লিক্লানা শূরবা
ঐগী ফিজেৎ লৈতেংনি
মুংশি মৈনা চাক্লবা
ঐগী থম্মোই লকানি।

মাঙদা পাম্ব কৈরেলনি
তুংদা লাক্লি শাতানবা
অকোয়বদা লেপ্লিবা
তমথি হিংচা য়াইতম্বা।

শক্লিবা ঐগী ঈশৈসে
নংগী মুংশি কোলোইনি
চাক্লিবা ঐগী থম্মোইসে
নংগী কায়না মৈরীনি।

তাইবং মৈচাক কাউজগে
নংগী মুংশি ব্রাখলদা
নংগী কোলোই শকপনা
পুনসী লাইশোল ওইজগে।

চাক্লিবা লম্মৈসি উরগা
তুংদা হম্না য়েংলরোই
অকনবা নোংলৈ মুংশিৎতা
লেপলোই ঐগী খোঙথাঙসি।

খোরাংলবা শজীনা
মায়া মরিচিকা তানবগুম
চাক্ল মালেম লৈকংলাদা
থিরি নংবু ভত্তনা।

নংগী মুংশি মুরদা
লৈনা জগোঙ্গ শাজরি
নংগী পুঙলোল চানবা
থাঙলি ঐগী খোঙথাঙনা।

থাজনা চীংয়া থাংদ্রিবৈ
কোয়ৌনা শৈশিল লৌদ্রিবৈ
উহনবীয়ুকো চায়খোইবা
শক্লাইদবা মাইথোঙদো।

য়োঙমদবা নংগী থোঙজিন
চোকথরবা ঐগী খোঙথাঙ
ঙসিদি অগ্নি-পরীক্ষানি
ঐগী অরোইবা খোঙচৎনি।

## ১৯ তাইবং মরুগী যাত্রী

তাইবং মরুগী যাত্রীনি ঐদি
পুন্সী-লমশাং চৎপদা ৱারবা
লম্বীগী পোত্থাশং অমত লৈত্রে
মনা পুংবা পামেলস্থু উদ্রে
চারুবা লৈঙোই শেক্তা ঙাক্ত
তাম্না উথ্রি মরুভূমিগী লৈমাই।
পুন্সী চেংজেলস্থু লোইথোকখ্রে
ঈশিংগী মরীক অমফাও উথিদ্রে
অরাম খৌরাংবনা ৱারবনি
তুরোইনবা ঐগী খোঙথাঙনি।
মাঙদা চৎখ্রে কাঙবু কয়া
তুংদা লাকহৌরি কাঙলুপ কাঙলুপ
অদুবু মরক্তা লৈহৌরে ঈথল্লত
কনাবুস্থু কৌরুবা লৈতে ঐনা।
মিৎয়েংগী লম্বী মমশিল্লক্লে
হন্দক থাংবা খোঙথাঙনা অরোইবনি
মিৎকুপ অমগী মতুংদা তুরনি
ওন্নগনি চারুবা লৈঙোই শেক্তাদা।
পুন্সী চুপ্পা কৌরক্তুবদা
নিংশিংলক্তুবদা কোরৌ শীংবুম অমতা
ঙসিদি কৌরেদো ইবুঙো!
অরোইবা মতম ওইরবসিদা
তাব তাদবা ননিংনি চানবী হৈবা
অদুবু কৌজগে থম্মোইদি পেন্না
পুন্সীগী অরোইবা খোনফম্না
অরোইবা মতম লাক্লবসিদা।

## ২০ নিনগন্মুনে নংবু নোপুর

নিনগন্মুনে নংবু নোপুর
ঙসি অচীকপা অহিংদা
নংগী থুম্লবা নখোঞ্জেল
তাশোল ওইরে ঐঙোন্দা।

তাইবংনা ঈচীক হুল্লগা
অহিংনা তাংলৌ থেঙলগা
নংনা নিনবা হেল্লিদো
পুক্লিংসু মরাঙ হোইদো

ঐনা লোম্না চৎনিংই
নংনা ইরাং হৌইদো
করম চৎসিগে ঐহাক্না
নিনগন্মুনে নংবু নোপুর।

(নংগা চান্নসি ৱারেদো
অচীকপা লম্বী থুগাইদো
থাদোকপা ঙমজদে নংবুসু
নংতনা লোইনৈ ঐবুসু।)

যমুনা ঘাট চৎপদা
শ্যামগী থোঙ্গাল মপাদা
নং নত্তুনা কনা লৈ
ঐগী শ্যামবু কৌনবা।

খোংলক্লে মুংশিবা বাঁশী
অথাপ্পা কুঞ্জ বনদগী
হায়য়ু ইতা চান্নবী
করম চৎসিগে ঐহাকপু।

শরতকী ফজবা থাবলদা
ঙসি অচীকপা অহিংদা
করম্না ইখোঙ থাংসিগে
নিনগন্নুনে নংবু নোপুর।

তাংলো লৈনা থেঙথরে
থম্মোই খাম্বী মৈহৌরে
শ্যামগী রাখলদা ঙাওজরে
পুক্লিংনা মশা পানখরে।

থাবলনা ফিঙৌ ফৌরিবা
লৈরাংনা কবোক চাইরিবা
মালংনা লিরি হুম্লিবা
লৈনম্না ঈথক হৌরিবা।

হে নোপুর লমহেনবী
খোঙথাং খুদিং শৈশকপী
ঙাইহাক তুমিন লৈযুনে
অচীকপা ঐগী খোঙচত্তা।

## ১১ অরেম্বদা হল্লেদো

কুম্মৈদা শাৎপী থরোগুম লাইজ ঙৈনোৎ থমথ্রগা
রানা নংনা হিংজবী রাকচিং উনলেল থাওদ্রুনা।
শীঙেল শীঙ্গারৈ লৈরাংগুম অহিং-মমৈদা শাৎচবী
অয়ুক মালং ইপোমদা মালেম লৈদা লৈওনবী।
ঐদি খোঙহৌ থেঙথ্রেদো পোলোইনা পন্থুং ওইরেদো
লীলা-ফিজং থাদথ্রে ভাবোক পুম্বা হৌগৎথ্রে।
ননাইদি উবা ফংহৌদ্রে নংগী লীলাদো ইবুঙো!
অরেম্বদা হল্লেদো মুঙাইবা কুম্মৈ উদনা।
নিঙাইদ্রবা পুন্সীদা য়াহৌ থেঙবা খোঙহৌদা
খুদুম শীংনা লাক্লগা খুবাক তিংনা হল্লেদো।
হনখিবগী লম্বীদা ঙাইরমগনি মীয়াম্না
শোরোক কাগুপ লেপতুনা হংলমগনি ঐঙোন্দা।
নংগী লীলা মুঙাইবা মপুগী কোলোই নিংথিবা
পাউখুমনিঙাই লৈররোই অহাঙবদি থম্মোইনা।
কদৌঙৈনো ইবুঙো! ননাইনা অমুক লাক্কৌবা
নংগী লীলা নিংথিবা ইমিৎসিনা উদৌবা।

কুমগী নোংখোং ভাবদা
খল্লি নহাক লাক্লবোই
বসন্ত-লৈরাং মরক্তা
নিংই নংম্ন য়াওরবোই
অদুবু কদৌঙৈ লাকবা ?

বসন্ত-লৈরাং কেনখরে
অরিবা উনা কেমখরে
অনৌবা ঋতুগী শৈশিলদা
কুমজা কয়া ওনখরে
অদুবু কদৌঙৈ লাকবা ?

নংগী কায়না শৈশক্লা
অরা পোত্থা ওইজরি
খাইনা মৈশা লাংবনা
থম্মোই অসি ইংজরি
অদুবু কদৌঙৈ লাকবা ?

মতম-ঈথক্লা য়ৈবদা
তুরগনি পামেলসি
মাঙগ্রগনি উরুমম্নু
অহাংবদা তিন্দুনা
অদুবু কদৌঙৈ লাকবা ?

অহাওবা ভাইবং মালংদা
মক্তুবা রাখল ইপোমদা
উম্নগনি নোংমা নহাকা
অরোইবা মতম য়োবদা
অদুবু কদৌঙৈ লাকবা ?

## ২৬ লিরি হুম্বা মালংবা

লিরি হুম্বা মালংবা
নংনা কাইদা লাক্লগা
লৈরাংগী নাপদা চঙদুনা
লোম্না য়ারী শারম্মি।

লাঙত্রবী হুজা কনাগী
পুক্লিংগী ঈপাক ময়াইদা
ঈথক হৌহল্লগা
নংদি তুমিন চৎখ্রিবা।

লাইজ ঈশৌ লাংলবা
চোকথরবা শিন্নীশিংদা
ফিজ্জীনা কাইদ হুম্লবা
ঐনা লোম্না উহৌই।

কোর্বাক মাঙদা থা
খোর্জে খুত্তা পায়
অশৈবনা শৈরোল থিবদা
নংনা শৈবাংলম্মিদো।

লিক্লানা ঈরা চেল্লবী
মিপাই চাউবী শিঙ্গারৈ
নংগী ইপোম লাংবদা
পুন্সী মতোল লোম্লিবা।

ওরাং লৈশাং তমথিবী
ওসি লৈখোক লোয়রবী
লাঙদবী শীঙেলদা
কবি সুংগী কাইহৌবা।

খঙলে খঙলে মালংবা
উদবা তাইবং মপুগী
তাদবা পাউজেল পুরিবা
মালেম থুংনা য়েল্লিবা।

## ২৭ যমুনা মপান্দা

ঙসি যমুনা মপান্দা
উবরা ইতা শ্যাম
মোমোন নোকপা মাইথোংনা
তাইবং পুক্লিং হূবদো।
বাঁশী খোঞ্জেল তাবদা
যুমদা লৈবা ঙমদবা
মাগী নোপুর খোঞ্জেলনা
ভক্তগী থম্মোই শুম্মৎপা।
য়েংলোই নিংল নিংলগা
থোইনা হেন্না য়েংনিংবা
কাউগে খল্ল খল্লগা
থোইনা হেন্না নিংশিংবা।
বাঁশীগী সুর ইপোমদা
পুক্লিং অসি লুপলিঙৈ
খুৎতা পায়বা সনাবুল
যমুনা ইমাইদা তাউখরে।
ঈশিংগী পুলদি লৈহৌরে
খুৎসি হাঙনা হল্লক্রে
থম্মোই পোৎলুম ওইদুনা
খোঙসি থাংবা থোক্করে।

ঙসি যমুনা মপান্দা
উবরা ইতা শ্যাম
মোমোন নোকপা মাইথোংনা
তাইবং পুক্লিং হুবদো।

## ২৮ পোমশাংনবী ঐহাকনি

নংগী খুৎশেম লৈকোন্দা পোমশাংনবী ঐহাকনি,
নংগী বীণা খুৎখত্তা থেকনা জগোঙ্গি শাবীনি।

নংগী সুর ইপোমদা পুন্সী শৈরোল শকচগে
পুন্সী লৈরাং শাৎপদা খুয়া খাদা কচ্চগে।

নয়াখংবু ইনবনি নংগীদমক পোম্বনি
অশংবা উনা মরক্তা নংবু মুনা য়েংবনি।

শীঙেল লৈশাং তমত্রিঙৈ নখুয়া থম্বাল য়োত্রিঙৈ
কেনখিদরা রাজেদো নোংদম্বা তীল্লা চাকুনা।

নংনা পীবা লৈহীনা নখোঙ থম্বাল হামজগে
মুংশী লৈনম ইথক্লা নংগী লৈকোল শীলহনগে।

লৈরাংনা লৈশাং তম্লগা শীঙেল লৈখোক লোয়রগা
নংগী লৈকোলদা কেনজগে নখোঙখাদা ওজগে।

নংগী খুৎশেম লৈকোন্দা পোমশাংনবী ঐহাকনি
নংগী বীণা খুৎখত্তা থেকনা জগোঙ্গি শাবীনি।

## ২১ শাৎহনবীমু

তোল্ল ননাই ঐহাকী
তাইবং পুন্সী ঈচেলদা
আশা-চাংজৌ ইরোম্বুং
মায়া-ঈথক ইহৌরি।
কল্লক য়েংথি অপাম্বা
লেমলৈ ঙা-খল তরুক্লা
ঈরোম্বুংদা শান্নরি
পুরি পুক্লিং নিং-তম্না।
লম্মাংনরি পুক্লিংনা
লুপ্লি ঈথক-ইরৈদা
তাউখৎলকই অমুক্সু
ইরোম্বুংদা লুপথখি।
চৎলু লম্বী খুদিংদা
লম্মুক্লবত শরুক ওই
ঙাওরি লৈরি তত্তনা
মায়া লাইজ ঈরোম্বুং।
পুন্সী পোলোই লাকপদা
চাংজৌ-কায়খ্রে আশাগী
কংখ্রে লাইজ মায়াগী
মাঙখ্রে য়েক্লা তরুকমক।

নংগী থৌজাল লাইজনা
ঈহৌরক্লে থম্মোইদা
মুংশি লৈরাং শাৎকায়রে
ঈথক-ইপোম ইরোইনা।
শাৎহনবীয়ু ইবুঙো!
নংগী মুংশি লৈরাংসে
মপোক লাংলোন কয়াদা
ঈথক-ইপোম ইহৌনা।

## ৩০ মালংনা কৌরি *

মালংনা কৌরি ঐহাকপু,
মতম্মা ঙাইরি তত্তনা

লোইরবা




* [illegible] মতুদা কবিতা ইবাম্ব। মিংকপ খোরকপদা পয়েং অমদি নিংশিংবা ওবাথ। কবি হ্যায়রিবনো হায়বসু বডবা ওবত্রি। কবিতা অমা ওইনা অহুম লৌহনা হাপচরি।